# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( মণিপুরী পত্তানুবাদ )



শ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রী

# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( মণিপুরী পদ্যানুবাদ )



শ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রী

য ফম ০

ও: কে: ষ্টোর

ইম্ফাল

মমল ১'০০



# কচ্চবা

"তৌরিব চারিব হোম তৌরিব, নংনা তৌরু-তৌরুব দানসু।
তৌরুব তপস্যা অপুম্ব অর্জুন! ঐঙোন্দ কথোক্উ অতৈদুসু ॥"

[ গীতা অঃ ৯ শ্লোক ২৭ ]

অচচ্চত্ত পুম্বগী সারথী শ্রীকৃষ্ণন তাক্পীব পাওতাক্
অসিগী মতুংইন্ন কচ্চনিংব মীশক্ পোংশক্
অপুম্ব মান ওইরিব, মান পেল্লবতদ
জীব অতৈসু পোল্লিব মাগী
চরণদ কচ্চমল্ খন্দন
কচ্চরি।

তাং ১৬।১১।৬১ ইং

শ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রী



# ৱা অনীদং হঙ্গচ্ছব

হৌজিক্কী মতম্দ জংগু ফাওরব "গীতা" বু জ্ঞানগী মায়কৈদ চাউখৎলব দেশ, জাতি অয়াম্বন মাগী মাগী লোন্দা (গদ্যদ-পদ্যদ নত্রগ শাংল-শাংলবা ব্যাখ্যানগী মওংদ) লৈহন্দুন মাগী মাগী "ৱাণী দেবী" গী অদুগ সাহিত্যগী ফীজোল্ ওইহল্লি। ভারতসিমক্তদা হিন্দী-গীতা, বাঙ্গালা-গীতা, গুজরাটী-গীতা, মারাঠী গীতা, উর্দু-গীতা অসুম হায়দুন, দোহাদ, চৌপাঈদ, পায়ারদা মাগী মাগী লোনগী চৎনবী ছন্দদ লেংদুন লৈনখরে, অদুগা মাগী মাগী সাহিত্য সমাজদ পুক্তোক্কুন লেম্লরি। তাইবং মীনিন মীহৌরুদুন, পীক্লব মণিপুর অসিদগী, ৱাংম লান্দ্রবী জাতি অমন লোন্নিদ্রবী ইমারোল্ "মৈতৈরোল" অসিদসু লৈহনগে হায়না মংঙ্গুম হাঙুন্ ওইন আশা অম তৌজরুবদগী ইব হৌজরুরদুন ইবাইখাওদগী "গীতা" বু মপূং ফানা মৈতৈরোন্দা শেরেংদ লৈহঞ্জরে। টীকাগী অর্থগী অদুগ ব্যাখ্যাগী-দনক্তি মৈতৈরোন্দসু পণ্ডিতশিংগী য়াম্ম লৈনরে। মূলগী মওংদদি হৌজিক্ ফাওবা লৈত্রি। অরাংপসিমতং মেনশিঞ্জগে হায়দুন অপও থৌনা ওইনা চোংখোক্রুবগী দোষ গুণগ্রাহী সভ্যশিংনা ঙাক্পীগনি। "ভক্তি" "আত্মা" "ইন্দ্রিয" সিগুম্ব শব্দ খর খরদি অসুম্মক্ শীজিন্নজবগী অরান্ন ঙাক্পীয়ু।

খ্বাইগী ননাই
**শ্রীকালাচাঁদ শাস্ত্রী**
তাং ১৬। ১১। ৬১ ইং।

ওঁ

# গীতা

## অহানবা অধ্যায়

### ধৃতরাষ্ট্রন হায়ঃ—

ধর্ম্মগী লম্‌দম্-কুরুক্ষেত্রদা ;
লান্ শোক্লিংদুন তিন্‌খ্রবা
ঈচাশিং, পাণ্ডুগী মচাশিংনা,
তম্মু সঞ্জয় করি তৌখ্রবা ॥১॥

### সঞ্জয়ন হায়ঃ—

পাণ্ডবকী লান্মীন থল্লবা,
অচৌব তেঙ্গোল্ উবদা।
নিংথৌ দুর্য্যোধনন হায়,
চঙ্‌শিন্দুনা দ্রোণাচার্য্যদা ॥২॥
য়েংবিয়ু পাণ্ডবশিংগীদি.
অশিংব দ্রুপদগী মচানা।
শীল্লিব অচৌব লান্থোংসে,
গুরুদেবগী 'থোইব শিষ্যনা ॥ ৩ ॥
অসিদ য়াওব্রিব মখোয়দি,
অকল্ল লান্মী মক্তনি।
সাত্যকি বিরাট্ দ্রুপদসু
ভীম অর্জ্জুনগা অক্কানি ॥ ৪ ॥
ধৃষ্টকেতু চেকিতান,
কাশী-নিংথৌ অকনবা।
পুরুজিৎ কুন্তিভোজসু,
য়াওরি শেব্যসু মীথোইবা ॥ ৫ ॥
মথৌনা লৈব যুধামন্যু,
উত্তমৌজা পাঙ্গল্বা।
অভিমন্যু, দ্রৌপদী মচা,
পুম্নমক্ রথী অচৌবমক্তনি ॥ ৬ ॥
ঐখোয়রোম্‌গীসু অদুক্ খঙ্‌বিয়ু,
লুচিংবমথৈ গুরুদেব!
নিংশিঙ্গজগে তাবিয়ু,
ঐখোয়গী মায়কৈদা য়াওব্রিব ॥ ৭ ॥
গুরুদেবনি ভীষ্মনি,
লানঙ্গল্ব কর্ণ কৃপনি।
অশ্বত্থামা বিকর্ণনি.
ভুরিশ্রবা জয়দ্রথনি ॥ ৮ ॥

অতৈস্ন অকন্ব মক্তনি, ঐঙোন্দ মথ্বাই য়োনখ্রবা।
লান্দ হৈরবা মক্তনি, খুৎলাই পুম্ব হৈরবা ॥ ৯ ॥
ঐগী মশীঙ্ য়াম্লনা, লান্মীবু ভীষ্মনা ঙাক্পিরি।
থোইনা য়াম্দ্রব মখোয়গী, লানমীবু ভীমনা শেন্নরি ॥ ১০ ॥
লাম্হোং লাম্হোং খিবিক্তা, মফম্ চানা লৈবিয়ু।
গুরুখোয় খ্বাইময়াম্না, ভীষ্মতবু শেন্নবিয়ু ॥ ১১ ॥
মাবু নুঙাইহন্‌গে হায়দুনা, মবুধো কুরুগী অহন্না।
নোংশাগী খোল্লাও লাউদুনা, মোইবুং খোংঙি ভীষ্মনা ॥ ১২ ॥
অদুদগী অতৈ মোইবুংসু, খুদক্ত খোংব হৌখরে।
ঢোল পেরে শিঙ্গাগী, খোঞ্জেন্না অকিব ওইখরে ॥ ১৩ ॥
অদুদগী অঙৌবা শগোলনা, চিংলব অচৌব রথদা।
তোংলিব কৃষ্ণ অর্জ্জুনন, মোইবুং খোংখি নিংথিনা ॥১৪॥
পাঞ্চজন্যবু কৃষ্ণনা, দেবদত্তবু অর্জ্জুনন।
অচৌব মোইবুং পৌণ্ড্রবু, খোংগৎখি বৃকোদর ভীমনা ॥ ১৫ ॥
অনন্তবিজয়বু খোঙ্গৎলি, যুধিষ্ঠির মহারাজনা।
সুঘোষ, মণিপুষ্পকপু, খোঙ্গৎলি নকুল সহদেবনা ॥ ১৬ ॥
অচৌবা লিরুং পায়রবা, কাশীনিংথৌ, শিখণ্ডী।
ধৃষ্টদ্যুম্ন বিরাট্‌সু, মায়থীগন্দবা সাত্যকি ॥ ১৭ ॥
দ্রৌপদীগী মচা মঙামক্, অদুগা পঞ্চাল নিংথৌসু।
মোইবুং ঙম্না খোংখরে, অভিমন্যু পাংগন্‌বসু ॥ ১৮ ॥
খোঞ্জেল্ ময়াম্ন অমুক্তদা, নচাশিংগী থম্মোয় কায়খরে।
অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল্‌না, আকাশ পাতাল নিন্‌খরে ॥ ১৯ ॥
দুর্য্যোধননচিংবা ধৃতরাষ্ট্র মচাশিং, লৈরিব ময়াম্বু উবদা।
লিরুং পায়খৎতুনা অর্জ্জুনন, খুৎলাই থানরম্‌দাই মতমদা,
কপিধ্বজ পাণ্ডবনা, হায়রক্ই রাহৈসি কৃষ্ণদা ॥ ২০ ॥

অর্জ্জুনন হায়ঃ—

তেঙ্গোল্ অনীগী মরক্ত, রথসি খামবিখো জনার্দ্দন!
লান্ শোক্লিংহুনা ভিল্লিব, মখোয়সিবু 'মুক্তং য়েংজগে ॥ ২১ ॥

ঐগা থেংনগদবন কনাগ, লান্‌ফমসিদ খঙ্‌জগৌগে ॥২২॥
মফম্‌ অসিদা তিল্লিবা, পুক্‌চেল্‌ ফত্তবগী কাঙ্‌বুসে।
অমুক্ত য়েংজগৌখিগে, লানশোক্লিংদুনা লাক্লিবশিংসে ॥২৩॥
অতন্‌ব লৈত্রবা অর্জ্জুনন, অসুম্না হায়বদা কৃষ্ণনা।
তেঙ্গোল্‌ অনীগী মরক্ত, অথোইবা রথবু থাম্‌দুনা ॥ ২৪ ॥
ভীষ্ম দ্রোণগী মমাঙ্‌দা, অয়াম্বা নিংথৌগী মমাঙ্‌দা।
হায়রকই য়েংহৌরো পার্থ! কুরুশাগৈগী য়েংনিং য়েংনিবদা ॥২৫॥
মখুড়া মবুধৌ মামশিং, গুরুশিং মচীন্‌ মনাও মরুপ্‌শিং।
মকুশিং মশূশিং মচাশিং, উখ্রে অর্জ্জুনন শাগৈ-ভাইশিং ॥২৬॥
মরুপশিং মক্তবু উরগা, কুন্তীগী মচা অর্জ্জুননা।
রাবনা অসুম্‌ হায়রকই, নুংশিবনা থল্লব থম্মোয়না ॥ ২৭ ॥

## অর্জ্জুনন হায় ঃ—

লান্‌ শোক্লিংদুন তিল্লিবশিং, উরগা পুক্লিং তন্‌খরে।
হক্‌চাং পূম্ব চোক্‌থরে, চীনবান্‌ থক খা কংখরে ॥ ২৮ ॥
হক্‌চাং তনিক্‌ তনিক্লে, পুক্লিংদ তুজুংব পোক্‌খরে।
খুত্তগী গাণ্ডীব তাখরে, উন্‌সা পূম্ব চাক্‌খরে ॥ ২৯ ॥
তুমিন্ন লৈব ঙম্লক্তরে, পুক্লিং কোয়লে লৈখরে।
তৌরুব থবক্‌ অপূম্ব, লোইন ওন্ন তৈনরে ॥ ৩০ ॥
শাগৈবু লান্দ হাৎলগা মঙ্গল ওইগনি উদরে।
লান্‌ ঙম্বসু পামজদ্রে নুঙাইব লৈপাক্‌সু ফংনিংদ্রে ॥ ৩১ ॥
লৈপাক্ক করি কান্ননি? হিংবন ইরন্ন কৈদৌনি?
নিংথৌ ওইব নুংঙাইবা মখোয়গীদমক্ত থল্লুবনি? ॥ ৩২ ॥
মখোয়দি লান্দদুম্‌ লেপ্লরে, লন্থুম্‌ মথ্বাই পাম্‌দনা।
গুরু-ইপল-ইচাশিং, লেপ্লরে ইথক্ত ইবুধৌশিংনা ॥ ৩৩ ॥
মাম-ইকুশিং ঈশূশিংনা, ভাইশেল্‌ ইশেল্‌ ইবাইশিংনা।
ঐখোয়বু হাৎলরবসু, মখোয়বু হাৎনিংদ্রে ঐহাক্‌না ॥৩৪॥
পৃথিবীসিমগীদি হায়বিনু, মরোল্‌ অহুম্‌গী দমক্‌সু।
হাৎলগা শাগৈবু করম্না, নুঙাইগদগে মপোক্‌ 'সিমক্তদসু ॥৩৫॥

য়েক্লবশিংবু হাৎলগা, পাপতি শোয়দনা পুগনি।
অদুন চুমদ্রে জনার্দ্দন, শাগৈ হাৎপ হৌনদবনি।
করম্ম শাগৈবু হাৎলগা, করম্ম ঐখোয়ন মুঙাইনি ? ॥ ৩৬ ॥
অপাম্বনা থুম্‌হৎখিদুনা , শাগৈ হাৎপগী দোষবু খঙদ্রে।
মরূপ্‌ হাৎপগী পাপ অদো, মখোয়দি করিস্সু উখিদ্রে ॥ ৩৭ ॥
শাগৈ মুৎহন্‌বগী দোষপু উরব ঐখোয়দি জনার্দ্দন।
পাপ ’সিদগী করম্মা হন্দোক্‌লোইদগে ঐখোয়না ॥৩৮॥
শাগৈ মাঙ্‌লগ মাঙ্‌লক্‌ই চৎনরক্‌প শাগৈগী ধর্ম্মস্সু।
ধর্ম্ম অদুন মাঙ্‌লবদ অধর্ম্মন মাবু নম্‌হৎলি ’মুকস্সু ॥৩৯॥
শাগৈদ অধর্ম্মন চঙ্‌লক্লগ শাগৈগী নুপী মাঙ্‌লক্‌ই।
নুপীনা মাঙ্‌থরক্লবদি য়াম্নব মচা শোয়দন পোক্‌ই ॥৪০॥
য়াম্নব মচা পোক্‌পনা শাগৈবু নরক তাহল্লি।
মচানা কৎলক্‌প ফংদবন মপা মপু নরকতা ওল্লি ॥ ৪১ ॥
য়াম্নব মচাশিংদুগী, দোষন মরম ওইদুনা।
লেঙদ্রব শাগৈ জাতিগী, ধর্ম্মস্সু পুম্মাং মাঙ্‌ডি লোইনা ॥৪২॥
জাতিবু নৈথা তাহন্‌বা, মখোয় খিবিক্‌ অদুদি।
নরকতবু লেঙদন নৈ, হায়ন তাজৈ জনার্দ্দন ॥ ৪৩ ॥
ওস্থোক্‌পনি ! অচৌবা, পাপপু তৌগে খল্লুরে।
নৈপাক্‌ ফিহৌরুবনা ; শাগৈ হাৎকে লেপলুরে ॥ ৪৪ ॥
ইথুক্ত খুৎলায় পায়দ্রব মায়োক্‌ য়াদ্রব ঐহাক্‌পু।
ধৃতরাষ্ট্র-মচাশিংনা থোইন ফরে ঐবু হাৎখ্রবমক্‌পু ॥ ৪৫ ॥
অস্তুম্‌ হায়দুন অর্জ্জুনন রথদ তুমিন্ন ফম্‌থরে।
লিরুং তেল্‌স্সু থাদোক্লে, রাবন থম্মোয় কংখরে ॥ ৪৬ ॥

মাসিদ শ্লোক-লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্ম-বিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্‌ ভগবদ্‌ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদা “অর্জ্জুন-বিষাদযোগ” কৌবা “অহানবা অধ্যায়” লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# অনীশুবা অধ্যায়

## সঞ্জয়ন হায় ঃ—

মিৎলু অনী অদুদা, নুংশিবগী পিনা থল্লবা।
য়ারব অর্জ্জুনগী মফমদ, মধুসূদনন তাক্ই অশেংবা ॥ ১ ॥

## শ্রীভগবানূন হায় ঃ—

আর্য্যশিংন চৎনরমদ্রবা, নরককী ওইবা মিংথিবা।
শুদ্ধাৎপা মতৌ অসিবু, কদায়দগী নঙোন্দ লাক্লবা ? ॥ ২ ॥
য়ম্ব হৌনদে পৃথাগী মচা ! মাদো নঙোন্দ মতীক্ চাদে।
পুক্চেল্ পীকপ থম্মোয় শোন্ব, থাদোক্লো হৌগৎলু মাদু য়াদে ॥ ৩ ॥
করম্ম ভীস্মবু ঐহাক্. লান্ফমদ দ্রোণবু হাৎসিগে।
ঈরাৎনফম্ ওইরববু, করম্ম খুৎলাইন থন্সিগে ? ॥ ৪ ॥
পুক্চেল্ চাউরব গুরুজন শাগে নাতৈবু হাত্তদুনা
মপোক্সিদা হেন্ন ফৈ, ভিক্ষা তৌদুনা চাবন,
লাইগুরুশিংবু হাৎলগা, শাগেগী ঈন তৈরব
কান্নদ্রব লন্থুম্ অদুদি শোয়দবনি মাদুদি ফংবা ॥ ৫ ॥
ঐখোয়ন ভম্বন ফবরা ? মীনা ভম্থিবন হেন্বরা ?
করম্বন ফরিব, অসিবু হান্ন খঙজদ্রি।
মখোয়বু হাৎলগ মিকুপ'মতম্ হিংজনিংদে খঙ্গরে।
অদুবু ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংদি ঐখোয়গী'থক্ত লেপ্লরে ॥ ৬ ॥
পাণ্ডবগী দোষমক্তন ঐগী শাজৎ হোংখরে।
ধর্ম্ম কদায়বু কৌবগে নাখৈ শেংন খঙদরে।
ঐগী অফব লম্বীবু শেংন অমতং তাক্পিগনি।
তাক্পিয়ু চঙজরি চরণদা, ননাইদি নহাক্কী শিয্যনি ॥ ৭ ॥
য়েক্লব তিম্থং লৈত্রব ; স্বর্গ মক্তদগী চাউরব।
সিংহাসন ফম্ ফংদ্রন, ইন্দ্রিয়বু কংশিল্হল্লিব।
উপায় অমত উজদ্রি, অরাবসি কোক্হন্নবব।
নিংথৌ ওইর-ফাওবদ, য়াবসিমদি মরৈহৌরনি ॥ ৮ ॥

## সঞ্জয়ন হায় ঃ—

হৃষীকেশগী মফমদ, অসুম্না হায়দুন অর্জ্জুন কৌবনা।
লান শোক্লব ঙম্জরোই, হায়ন লৈথরে তুমিন্না ॥ ৯ ॥
তেঙ্গোল্ অনাগী মরক্ত, ৱারব অর্জ্জুনগী মফম্দা।
মোমোন্ নোক্ল কৃষ্ণনা, ৱাহৈ'সি হায় লান্‌ফম্‌দা ॥ ১০ ॥

## শ্রীভগবানুন হায় ঃ—

খল্লোইদবদি খল্লগা। ৱাঙাংদি ঙাংলি অশিংবগুম্না।
শিথ্রব শিদ্রিবগীদমক্ত থোংইন খল্লুদে পণ্ডিতশিংনা ॥ ১১ ॥
ঐসু অমুক্ত পোক্‌খিদ্রি, হায়ব য়াদে নংসু, অতৈসু।
অমুক্‌সু ঐখোয় পোক্লরোই, হায়ব য়াদে মাসিসু ॥ ১২ ॥
নহা-পাখং-অহল্ ওইবা, জীবগী মপান্-হক্‌চাংদ উবনা।
অতোপ্প হক্‌চাংদ জীবন চংবদ, থগত্তে শুদ্ধাত্তে অশিংব মীনা ॥ ১৩ ॥
অৱা-অনা অচৌক্-অশা, পীব ইন্দ্রিয়গী মথৌমক্তনি।
চংখিনি লাক্কনি লেপ্তুব ঙাক্কি, খাংঙু কিগন্নু লেপ্তুব ঙাক্কি ॥ ১৪ ॥
মথোয়ন ৱাহনব ঙমদ্রব, অৱা নুংঙাইব অনীমক্লবু।
অমত্তনি খল্লব মীদুতনা, ফংঙি অতপ্পনা শিদববু ॥ ১৫ ॥
লৈতবগী লৈব, লৈব য়াদে, অরৈবগী লৈতব, লৈব য়াদে।
লৈব-লৈতব'গী তত্ত্ববু খঙ্‌বদনা খঙ্‌ঙি অতৈনা খঙ্‌দে ॥ ১৬॥
মাঙ্‌গদবশিংসিবু শেম্লিরিব মহাকৃতি অমাঙ্‌বা লৈতেদো।
মহাকৃপু মাঙ্‌নব শিনবদি তাইবংদ কনাসু ঙম্‌দেদো ॥ ১৭ ॥
অমাঙ অতা লৈত্রব, চাংদম্লিঙাই লৈত্রব জীবগী।
হক্‌চাংসিগী অরোইব মপুনি, অদুন পায়খৎলো খুৎলাই নংগী ॥ ১৮ ॥
জীবন হাৎপনি খল্লিব জীববু হাৎলে নিংলিবা।
অনীম্‌ক অরান্‌বমক্তনি, হাৎতে শিদে মহাক্তি ॥ ১৯ ॥
পোক্‌পা লৈতে শিব লৈতে, কৈদৌঙৈদ মহাক্তি।
পোক্‌থ্রবদ অমুক্ পোক্লরোই, শিথ্রবদ অমুক্ শিররোই ॥ ২০ ॥
অরেপ্পনি, কুইরবনি, পোক্তব লেঙ্‌দব মহাক্তনি।
হক্‌চাংসি শিথ্রব হাৎথ্রবসু মহাক্তি শিখিদে হাৎখিদে ॥

অমাঙ্ অতা লৈতবনি
মহাক্ক কনাবু হাৎকনি
মল্লব ফীজোন্‌বু হুন্দোক্লগ,
অমনব হক্‌চাং থাদোক্লগা
খুৎলাইন মাবু ককৃপা ঙমদে,
ঈশিংনা মাবু থূম্বা ঙমদে,
ককৃপ য়াদে থাদোকৃপ য়াদে,
অরেপ্পনি শিন্থূংবনি,
ফোঙ্‌ব য়াদে খনব থোক্‌তে,
মাসি খন্দুন মাসুম্ খঙ্‌দুন,
তগুন পোকপনি খল্লবস্থ,
মাদুন হেন্ন ৱাফম থোক্কে.
পোক্রবগী শিবা শোয়দ্রবনি,
শোয়দন থোক্কদবসিগী দমক্,
হৌরকপস্থ উহৌদব,
অরোইবদস্থ উরোইদব,
অঙকৃপ ওইন মহাক্‌পু,
অঙকৃপ ফংন মহাক্কী,
নুমিৎ খুদিং তোঙাল্ তোঙাল্,
তান তান উন উন,
হক্‌চাং'নুংদা লৈরিব,
হাৎঙমদবজীবনি,
নংগী ধর্ম্ম থৌসাদন,
অচুম্ব লাল্ নত্তুন লৈতে,
স্বর্গ কানব থোঙ্‌জাওনি,
মরাইবক্ ফব ক্ষেত্রিতনা,
শোরহৌগে খন্দ্রবদি,
ধর্ম্ম মিংচৎ থাদুন,

পোক্তবনি হায়ন মাবু খঙ্‌বনা।
হাৎহনগনি কনাবু মহাক্ক ॥ ২১ ॥
অহনব ফীজোন্ হোংবগুম্না।
অনৌব অমদ চঙ্‌বনি জীবনা ॥ ২২ ॥
মৈন মহাক্‌পু চাকপা য়াদে।
মুংশিংন মাবু কংহনব য়াদে ॥ ২৩ ॥
থূম্ব য়াদে কংহনব য়াদে।
লেঙদবনি মূৎহনস্থ য়াদে ॥ ২৪ ॥
মশক্ ওন্ব জীব নত্তে।
জীবগীদমক্ ৱাফম্ থোক্কে ॥ ২৫ ॥
তত্তুন শিবনি হায়রবস্থ।
অকন্না! অমস্থ ওইরবস্থ ॥ ২৬ ॥
শিখ্রবগী পোকপ লেঙ্‌দ্রবনি।
ৱাকম্ থোক্‌তে হায়বনি ॥ ২৭ ॥
মরক্তা ঙাগাক্ উরিব।
পোৎচং মঙাগী করি ৱারিবা? ॥ ২৮ ॥
উজরি জীববু কনানা!
শকচরি গুণবু কনানা ॥
অঙকৃপ ফংন কনান তারি।
খঙ্‌দে কনান করি উরি ॥ ২৯ ॥
হক্‌চাংগী মপু মহাকৃতি।
অতুন ৱানু নহাকৃতি ॥ ৩০ ॥
পূক্‌চেল্ হোংলি করিগী।
ধর্ম্ম অতৈ ক্ষেত্রিগী ॥ ৩১ ॥
মথন্ত হাংদুন লৈবনি।
'সিগুম্বা লালবু ফংবনি ॥ ৩২ ॥
অসিগুম্ব লাল্ অসিবু।
ফংগনি নংন মহা-পাপপু ॥ ৩৩ ॥

মিংচৎ থিব নহাক্কী,
মিংচৎ ফবগী অথিব,
কিদুন চেনখ্রে হায়রৌনি,
মখোয়গী মরক্ত ফংব মিংচৎ,
হায়হৈদব ব্রাভাং কয়া,
নিন্দা তৌগৌগনি নহাক্পু
শিরে ফংগনি স্বর্গবু,
হৌগৎলু অদুন কুন্তী মচা!
অবা-নুঙাই মাঙ্ব-তোংব,
লাল্গীদমক্ত লানবু তৌ,
আত্মাগী অরেপ্প ব্রাখলবু,
অদুগুম্বী বুদ্ধিন নশাবু,
মহৈ য়ান্দব লৈতেদো,
ধর্ম্মসিগী খজিক্তনা,
মচিল্ লোঙদবী বুদ্ধিদি,
ওইজব থিবশিংগীদি,
খন্থবা ব্রাৎপ মীশিংন,
মতায় বেদগী মাখোয়ন,
ওইজব পাম্ব স্বর্গ পাম্বন,
থবক্ মশীঙ্ য়ামহনবা,
স্বর্গগী নুঙাইব পাম্লিব
মখোয়গী বুদ্ধি অদুদি,
গুণ অহুম্বু নৈনবন,
অহুম্দ ঙাওনু অনী থোক্কনু,
ঈচাও লাক্পদ পুথ্রীন,
অচনবদুদন মথল্লি,
থবক্ তৌবতন নথৌনি,
মহৈগীদমক্ লৈগন্নু,

শোলহৌনি তত্তুন তাইবংনা
মিংচত্তগী ফবনি শিবনা ॥ ৩৪ ॥
মহারথী ময়াম্ নঙোন্দা।
চাং তাগনি মখোয়গী মাঙদ ॥ ৩৫ ॥
ঙাংহোগনি য়েক্কবশিংসিনা।
লৈতে'সিদগী ব্রাব হেন্না ॥ ৩৬ ॥
ঙম্লে ফংগনি নরৈপাক্'সিদা।
লানগীদমক্ লেপ্পু পুক্লিংদ ॥ ৩৭ ॥
মায়থিব ঙম্ব অমত ওইহল্লু।
নংগী নপাপ লৈতে খল্লু ॥ ৩৮ ॥
তাক্লে তারো অমুক্ তাক্কনি।
কর্ম্মন পুন্বসি থোক্কনি ॥ ৩৯ ॥
পাপকী শরুক্ য়াওদেদো।
থোইন কিবদগী কল্লিদো ॥ ৪০ ॥
অমতনিদো ধনঞ্জয়।
অরেপ্প লৈতে অরোইব লৈরোই ॥৪১॥
মপান্গী ফজব ব্রাহৈতবু।
লৈত্রে হায়দুনা অতৈবু ॥ ৪২ ॥
হন্ন পোকপগী মহৈ পীব।
ঐশ্বর্য্যবু মথল্লি পাণ্ডু ॥ ৪৩ ॥
মাসিগী ব্রাখন্দ লূপখ্রব।
ওইদে থম্মোয়দ লেঙ্দব ॥ ৪৪ ॥
বেদগী বিষয় ওইগনি।
নশাবু খল্লু লেঙ্দবন চুম্বনি ॥ ৪৫ ॥
মঙোন্দ চনবদ লোহোই।
অশিংবগী জ্ঞানসু অসুম্ন ওই ॥৪৬॥
থবক্কী মহৈ খন্ফদে।
থবক্ তৌদবসু পাম্ফদে ॥ ৪৭ ॥

থবক্তদ লৈতুন থবক্ তৌ; মহৈগী ৱাখল্ থাদোক্উ।
থবক্কা মহৈগ অমতনি, খন্দুন তৌবদো যোগনি। ॥ ৪৮ ॥
মহৈগা লোয়নব থবক্কা, ৱাখল্গী থবক্তগী হন্থৈদো।
ৱাখন্দ চঙ্জো অম্রিকপনা; মহৈগীদমক্ থবক্ তৌইদো ॥ ৪৯ ॥
পাপ পুণ্য তোঙানবগী, ৱাখল তৌদে যোগীনা।
যোগগীদমক্ হোৎনরো, থবক্কী পান্থৈনি যোগনা ॥ ৫০ ॥
থবক্কী মহৈ ফংবগী, ৱাখল থারব যোগীনা।
পোক্প শিব লাংদগী লাল্লি, অমৃত ফংভি মহাক্না ॥ ৫১ ॥
নংগী ৱাখন্ন শুঙ্কৎপসিবু, লান্থোক্প নুমিত্ত শোংদবনি।
তাখ্রব তাদ্রিব অনীমক্ত হৈনিংদব মওংবু ফংগনি ॥ ৫২ ॥
তামন্দন লোফম্ খঙ্দ্রবী, বুদ্ধিন লেঙদ্রব মতম্'তুদনি।
লেঙ্দব মাগী ৱাখন্দসু, লেংঙোইদব যোগ ফংলনি ॥ ৫৩ ॥

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

ৱাখল লেপ্লবশিংতুগী, কমদোই মপান্গী মওংনা?
করম্ ঙাংঙি করম্ ফম্মি, করম্ চৎলি মখোয়না? ॥ ৫৪ ॥

## শ্রীভগবানুন হায়ঃ—

অপাম্ব মিহৌব পূম্ববু থাদুন মথন্ত পেঙ্গবনি।
লৈজব থরদ নুঙাইবনি, মাদো ৱাখল্ লেপ্লবনি ॥ ৫৫ ॥
অৱাবদ মিপাইব লৈত্রব, নুঙাইবদ ময়াই কাদ্রবা।
অশাউব অকিব মিহৌব, লৈত্রব মীদো মুনিনি 'শেংবা ॥৫৬॥
অফ ফত্ত ফংবদ, অৱা নুঙাই থায়দ্রবনি।
কল্লক মিহৌ-চাউদ্রবা, মাদো ৱাখল্ লেপ্লবনি ॥ ৫৭ ॥
থেঙ্গুন মখোঙ্ মথুৎপু, শোক্পদদ লোইশিন্থিবনি।
'তুগুম্ন ইন্দ্রিয়বু বিষয়দগী থানখ্রবদো ৱাখল্ লেপ্লবনি ॥ ৫৮ ॥
বিষয় পূম্ব হন্দোক্খি লৌবিদ্রব মাগী মফম্দগী।
রস য়াওদ্রব মহাক্পু উরগা হন্দোক্ই মঙোন্দগী ॥৫৯॥
ইন্দ্রিয় খুতুম্ চল্লবা শিংলবমক্কী পুক্লিংবু।
নমতুন চিংঙি নৈহৎলি ইন্দ্রিয় মঙান পুন্দুন কন্নবু ॥ ৬০ ॥

মখোয়বু খংগৌরে হায়রগা ঐঙোন্দ চংঙহল্লু পুক্লিংদো।
ইন্দ্রিয়বু মখা পোলহনব ঙম্বগী ৱাখল্ লেপ্পৱবনিদো ॥ ৬১ ॥
বিষয়বু খল্লিব মহাক্কী মাতুদ হৈনব পোকৃখিবনি।
হৈনবদগী অপাম্ব পোকৃপনি, অপাম্বগী মচান অশাউবনি ॥ ৬২ ॥
অশাউবদগী শুদ্ধাৎপা, শুদ্ধাৎপদগী কাউবনি।
অকাউবদগী বুদ্ধি মাঙ্ব, বুদ্ধি মাঙ্পদগী শিবনি ॥ ৬৩ ॥
কল্লক্ য়েংথী য়'ঙদ্রবা, মশাগী মখা পোন্খরব।
ইন্দ্রিয়ন বিষয়বু লৌরিবা, মাদন ফংবনি অপেনবা ॥ ৬৪ ॥
অপেনবদগী মাংবনি, অৱাব মখল্ অদুম্মক্।
পেল্লব থম্মোয়গী বুদ্ধিদি থীন্দন লেঙ্দবী ওইবনি ॥ ৬৫ ॥
যোগ লৈতব মীগী বুদ্ধি লৈতে ৱাখল্ মাগী লৈতে।
খন্দ্রব মীগী অঙীংব লৈতে, অঙীংব নত্তন নুঙাইব লৈতে ॥ ৬৬ ॥
কোয়চেল চেনব ইন্দ্রিয়শিংগী, মন্নুং চনখ্রব পুক্লিংবু।
মখোয়ন পুনিংবদ পুথোকৃখি, নুংশিংকুম্না ঈশিংদ তিবু ॥ ৬৭ ॥
অদুম বিষয় পুম্বদগী, ইন্দ্রিয়বু লোইশিনব ঙম্লবা।
মাগী বুদ্ধি লেপ্লবনি, খঙ্গু ধনঞ্জয় অকনবা ! ॥ ৬৮ ॥
অহিংনি হায়রিবা অতেনা, মাসিদ হোগংলি যোগীনা।
মাখোয়দ্দ অমম্ব অহিংনি, ৱাখল্ লৈবদ অতৈগী নুংথিন্না ॥৬৯॥
থন্দুন লৈরব লেঙ্দ্রব, ঈপাক্ত তুরেম্ন তাবগুম্।
বিষয়ন মঙোন্দ তাংজব, মাদন শান্তি ফংগনি।
বিষয়দ তাংদুন চঙ্লব, অঙীংব লৈতব মগাক্লি ॥ ৭০ ॥

মাসিদ শ্লোক-লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব—শ্রীমহাভারত মগাপুরাণদ ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদা "সাংখ্যযোগ" কৌবা "অনীশুবা অধ্যায়" লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# অম্‌হুশুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন হায় ঃ—

ব্রাখন্ন থবক্তগী হেল্লি হাযন, তাকপিরবদি জনার্দ্দন।
শুক্লব থবক্কী মাযকৈদা, ইনশিনবিরি করিগী নংনা ? ॥১॥
জ্ঞান কর্ম্মগী যান্নব, ব্রাহৈন শুন্দ্বংলি ব্রাখল্‌বু।
পুন্‌শিদ মঙ্গল ওইরব, তাকপিয়্‌ অমতং অশেংববু॥ ২ ॥

## বাসুদেবনা হায় ঃ—

সন্ন্যাসীশিংগীন ব্রাখনগী, থবক্কী লম্বীন যোগীশিংগী।
মমাঙৈদ এৈন হাযখি, লম্বী অনী মপোক 'সিগী॥ ৩ ॥
"থবক্ তৌদব' ভাক্তন "সন্ন্যাস" ফংবা যাদেদো।
"সন্যাসী" ম্‌ক মওইরগা, সিদ্ধি ফংবা নত্রিদো॥ ৪ ॥
থবক্ তৌদন কনাস্থ, মিকুপ 'ম লৈতে হাণ্ডুনা।
মশাগী গুণন পুন্ন-কপু, কর্ম্ম তৌহল্লি নমতুনা॥ ৫ ॥
মপান ইন্দ্রিযতবু থিংলগা, পুক্নিংন বিষযবু খন্দুনা।
"সন্ন্যাসী" শাস্নিব মীতুদি, লৌনস্ব মীনি মতাক্তনা॥ ৬ ॥
পুক্নিংন ইন্দ্রিযবু গিংলগা, থবকপু মহৈ পামদনা।
মপান ইন্দ্রিযতন তৌহল্লিবা, অথোইব যোগীনি মতাক্তনা॥ ৭ ॥
শাস্ত্রগী ব্রাযেল্ ক যদব, থবক্ তৌ, থবক তৌবতনা।
তৌদবদগী হেন্‌বনি নত্রবদি, লৈব যাদে অমুক্ হক্‌চাংনা॥ ৮ ॥
(হে অর্জ্জুন! কর্ম্মবু কিতুনা কর্ম্মবু থারোইদবনি মরম্‌দি—)
ঈশ্বরগীদমক্ ওইদবা, কর্ম্ম পুন্ব অপুনবনি।
এৈগী ওইব মহৈ যাওব, থবক্ পামদন থবক তৌনি॥ ৯ ॥
'সিগুম্ব কর্ম্ম যজ্ঞগা, লোযনন প্রজা শেম্‌ঙৈদা।
ব্রহ্মান হাযখি তাইবংদ, 'সিতন মহৈ পীসনু 'সিদা॥১০॥
কর্ম্মসিদন চাউখৎহল্লু, দেবতাশিংবু নখোযবুস্থনি।
মখোয়না চাউখৎহনসনু অমগমগ কান্নব ফংনি॥ ১১ ॥

কর্ম্ম যজ্ঞন পেনখ্রবা, মখোয়তন নীংজব পীগনি।
মখোয়ন পীদব চাবদি ; হুৎনান্‌বগা পাংখক্‌নি ॥ ১২ ॥
যজ্ঞগী অরেম্মা চাবদি, পাপ পূম্ব কোক্‌পনি।
মথন্তগী থোংব চাবদি, পাপপু শোয়দন চাবনি ॥ ১৩ ॥
জীব পানব পূম্‌বসি, চিঞ্জাক্কগী পোক্‌প মক্তনি।
নোংদগী চিঞ্জাক্, যজ্ঞদগী নোং, কর্ম্মদগী যজ্ঞ পোক্‌পনি ॥ ১৪ ॥
কর্ম্মনা ব্রহ্মদগী পোক্‌পনি, ব্রহ্মন "মাঙদব"দগী লাক্‌পনি।
অদুন শিন্থুংব ব্রহ্মদি, তত্তন যজ্ঞদ লৈবনি ॥ ১৫ ॥
অসুম্ম চক্রগুম লৈরিব, যজ্ঞ কর্ম্মবু তৌদ্রবদুদি।
ইন্দ্রিয়গী নুঙাইবদ খল্লিব, পাপ্‌কী পুন্‌শি লেনবনিদুদি ॥ ১৬ ॥
মথন্ত নুংঙাইজবা, মথন্তদ পেন্‌জব।
আত্মাদা পেঞ্জব মহাক্‌কী, থাত্তরে করিস্থু তৌগদব ॥ ১৭ ॥
কান্নব লৈতে অক্মানি, তৌব তৌদব মঙোন্দা।
ওইজব তাননিংঙাই লৈহৌদে কনাগুম্ব জীবন ॥ ১৮ ॥
অদুন মহৈদ মিহৌদন, তৌগদব কর্ম্ম তৌ তত্তন।
মহৈদ মিহৌব থম্‌দব মীন, অথোইব আত্মাবু ফংভি মাদন ॥ ১৯ ॥
কর্ম্মতন সিদ্ধি ফংখি জনকনচিংব নিংথৌশিংনা।
মীবু খোঞ্জিন্‌বগী দমক্ কর্ম্মদি চুম্বনি তৌবনা ॥ ২০ ॥
মীথোই মীহেনবন তৌরক্‌পা, অতৈন মাদুত তম্মিদো।
মনা তৌরকপ প্রমাণবু অতৈস্থু মতুং ইল্লিদো ॥ ২১ ॥
মরোল্ অহুম্‌দা ঐহাক্কী কর্ম্ম লৈতে হায়বনি।
ফংদ্রিব ফংগদব মহৈ লৈতে, ঐগী ঐদি কর্ম্মতদ লৈবনি ॥ ২২ ॥
তন্দুন কর্ম্ম তৌদন লৈথোক্লবদি ঐহাক্‌সু।
ঐনা চৎপ লম্বীদ, চৎখিরম্‌গনি শোয়দনা অতৈস্থু ॥ ২৩ ॥
ঐনবু কর্ম্ম তৌরমদ্রবদি, তাইবংস্থু মিকুপ্ত মাঙ্‌লমগনি।
বর্ণ সঙ্কর পোক্‌হন্দুনা, প্রজাবু মাঙ্‌হল্লমগনি ॥ ২৪ ॥
মহৈ পাম্ব অপঙ্‌বা মীনা ; মহৈদা লুপতুনা কর্ম্ম তৌবগুম্।
মীবু তৌহন্নবগী দমক, মিহৌদন 'শিংবন কর্ম্ম তৌনি ॥ ২৫ ॥

থবক্ত পূর্ক্লিং চঙলিবশিংগী, থবক্তগী বুদ্ধি হোংহল্লোই !
অশিংবন কর্ম্ম তৌন তৌনা, অতৈবস্ত তৌদন লৈহল্লোই ॥ ২৬ ॥
প্রকৃতিগী গুণতনা তৌজব কর্ম্মবু "ঐ" গী নাপন্দ তাউদুনা।
"ঐন তৌবনি" "ঐন তৌবনি" হায়ন খঞ্জে অপঙ্বনা ॥ ২৭ ॥
গুণ কর্ম্ম অনীগী মরু, খঙ্খ্রব মীদি গুণদ ভাওদে।
গুণন গুণদ লৈজবনি, অসুম্ খঙন মিহৌদে ॥ ২৮ ॥
প্রকৃতিগী মায়াদা শুঙ্কৎপা, কর্ম্মগী গুণদ লূপ্লনা।
খঙ্জদবশিংবু মথৌদগী, লেঙ্হল্লোইদবনি অশিংবশিংনা ॥২৯॥
কর্ম্ম পূম্ববু ঐঙোন্দ; ব্রাখল্ল "সন্ন্যাস" তৌদুনা।
মহৈদ আশা থম্দন, শোক্লয়ো লাল্ ব্রাব লৈতনা ॥ ৩০ ॥
থাজবগা হৈনিংবগ লোয়ননা, কল্লক মিহৌব লৈতনা।
ঐগী লম্বীসিবু চৎলিব, থাদোক্ইই মখোয়বু থবক্না ॥ ৩১ ॥
থোয়বদগী থাজব ব্রাৎপদগী ঐগী লম্বীসিবু চল্লবদুবু।
জ্ঞান য়াওদ্রব অপঙ্বনি, হায়ন খঙ্ মখোয়বু ॥ ৩২ ॥
জ্ঞানীমকসু পোক্মিন্নব, প্রকৃতি তুং ইন্ন থবক তৌই।
প্রকৃতিদ চংভি অতৈসু প্রকৃতিবু কনান করম্ থিংনি ॥৩৩॥
ইন্দ্রিয়গী "অশাউবা-কল্লক্পদি" ইন্দ্রিয়গী বিষয়দ লৈবনি।
অনীসিগী মখা পোন্গনু, অনীসিন কর্ম্মগী অপন্ননি ॥ ৩৪ ॥
( মরম্ অসিন অনীসিবু ঙম্নগা চোক্শিন্ন নথৌ তৌগদবনি )
অতোপ্পগী নিংথিব ধর্ম্মদগী, ফবনি গুণ-লৈতব নশাগীনা।
নংগী ধর্ম্মদা শিখিবনা ফবনি, অকিব পীবনি মীগী ধর্ম্মনা ॥ ৩৫ ॥

## অর্জ্জুনন হায় ঃ—

কনান ঈঙ্গিন্দুনা জীবনা পাপকী থবক্ তৌব্রিবা ?
তৌনিংদব মতাক্পু, কনানা নম্দুন তৌহল্লিবা ? ॥ ৩৬ ॥

## শ্রীভগবানুন হায় ঃ—

ফত্তব থবক্ত ঈঙ্গিন্বা রজোগুণদগী পোক্লবা।
পেন্ব লৈত্রব মহাক্তি, "অপাম্ব-শাউব"নি নঙ্গী য়েক্লবা ॥৩৭॥

মৈবু মৈথুন কুপ্পগুম্ মিংশেনবু উফুম্ন কুপ্পগুম্।
অপাম্বন জ্ঞানবু কুপ্‌তুনা থম্মি জীববু কুয়োম্ন কুপ্পগুম্॥৩৮॥
মৈগী মতোগুম্ পেন্‌গন্দ্রব, মপোক্ 'খুদিং য়েক্লবনা।
অশিংবমক্কী জ্ঞানবু কুপ্পি, "অপাম্ব"গী মশক্ লৌতুনা॥৩৯॥
ইন্দ্রিয়-পুক্লিং-ব্লাখল্‌সি, "অপাম্ব"গী লৈফম্নি হায়নৈদো।
মখোয়গী পাম্বেন জ্ঞানবু পুল্লগ, জীবসিবু শুক্কংলিবনিদো॥ ৪০ ॥
(অদুন) হান্ন ইন্দ্রিয়বু ভম্নগ, জ্ঞান বিজ্ঞান অনীবু।
মাঙ্হল্লিব পাপী "অপাম্ববু, হান্ন হাৎখো ধনঞ্জয় 'সিবু॥ ৪১ ॥
ইন্দ্রিয়ন ঈতোপ্ তোপ্পনি; মখোয়দগীস্ন পুক্লিংনা'মুক্ তোপ্পনি।
বুদ্ধিনা পুক্লিংদগীমুক্ তোপ্পনি, আত্মানা বুদ্ধিদগীস্নু তোপ্পনি॥৪২॥
অস্নম্না বুদ্ধিদগী তোপ্‌লবা, আত্মানা পুক্লিংবু ভম্‌লগা।
'কাম' কৌব য়েক্লববু, লাক্‌ভগ্রব মাবু হাত্তোক্উ॥ ৪৩॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদা "কর্ম্মযোগ" কোবঃ "অহুম্শুবা অধ্যায়" লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ॥

## মরিশুব অধ্যায়

### শ্রীভগবানুন হায় ঃ—

অমাঙুব লৈতব যোগ'সিবু সূর্য্যদ ঐন তম্বিখি!
সূর্য্যন মনুদ তাকৃপিখি, ইক্ষাকুদ মনুন হায়বিখি ॥ ১ ॥
মথং মথং ফংনরকৃপসিবু, রাজর্ষিশিংনা খঙ্নখিবা।
মতম্ কুইনা মাংডুরবা; "কর্ম্ম'যোগ" হায়দুনি অকন্না। ॥২॥
ভক্তনি, মরুপ্নি হায়দুনা, অথুপ্প অথোইবা যোগ'সিবু।
নঙোন্দ ঙসি তাক্লবনি, কুইরব ঐন যোগ 'দুবু ॥ ৩ ॥

### অর্জ্জুনন হায় ঃ—

কৃষ্ণ নংগী মপোক্ন সূর্য্যগী মপোক্তগী কোন্বন ॥
করম্ন মঙোন্দ তাকৃখিবা? থাজসিগে করম্ন জনার্দ্দন ॥ ৪ ॥

### শ্রীভগবানুন হায় ঃ—

ঐগী মপোক্ য়াম্না হৌখ্রে, নংগীসুনি খঙঙু ধনঞ্জয়!
মপোক্‌শিংদুদি ঐতনা খঙিঙ, নংন খঙ্দে কান্নরোই ॥ ৫ ॥
( ঐগী মপোক্তি অতৈগুম্দে, অতৈন মাসিবু খঙদম্দে )
পোকৃপ লাইদ্রবা, মাঙুব লৈত্রব; অচচ্চত্তগী মপু ওইনসু ঐনা।
লনাইগী প্রকৃতিদা লৈদুনা, ঈশাবু মায়ান পুথোকৃই ঈশানা ॥৬।
ধর্ম্মন মরায় চায়থরকপদা, অধর্ম্মন মথোই কাবদা।
মতম্ মতম্গী মতুংইন্না, ঈশাবু শেম্‌জে ঈশাগী মায়ানা ॥৭॥
অফব মীবু কন্‌বিগে হায়না, ফত্তরবশিংবু মাঙ্হনগে হায়না।
মুংখ্রব ধর্ম্মবু লিঙ্খৎকে হায়না, যুগ যুগ থুদিংদ পোকৃই ঐনা ॥৮॥
মীরম্‌লেন্গী ওইদ্রব ঐগী মপোক্ ইথৌবু।
মুম খঙ্লগ শিখ্রবদুদি, হল্লক্তে তিল্লরে ঐঙোন্দবু ॥ ৯ ॥
মিহোব অকিব অশাউবা, য়াওদ্রবা ঐঙোন্দ লুপ্খ্রবা।
ঐবুদ নীংব অশিংব কয়ান, রাথলগী লাইবিংন ঐবু ফংখিবা ॥১০॥

মানা গানা নীংজবা মওংদো,
মাতুদ লৈ ঐস্তু মখোয়বু নীংতুনা।
চৎনিং চৎনিংব লম্বীদ,
থিরকই ঐবু অশিংবশিংনা ॥ ১১ ॥
কর্ম্মগী মহৈবু পাম্জবশিংনা,
দেবতা অতৈবু মখোয়ন নীংজে।
মপোক্ অসিদা কর্ম্মংগী
কুইদ্রব মহৈবু থীন্দন ফংজৈ ॥১২॥
(অতুগ মখোয়তুন কর্ম্মগী
মহৈ পামদ্রব ঐবুদি ফংদ্রে)
গুণ কর্ম্ম খেন্নবদগী,
বর্ণ মরি শেম্বনি ঐনা।
কর্ম্মদ য়াত্তদ্রব, মাঙদ্রব ঐবু ;
থঙডু অশেম্ব মপুনি হায়না ॥ ১৩ ॥
কর্ম্মনা ঐবু শোকপ ঙম্দে,
কর্ম্মগী মহৈদ মিহৌব লৈতে।
অস্তুন্ন ঐবু খঙ্‌তুন ঐবু,
নীংজব মাবু কর্ম্মন পুন্দে ॥ ১৪ ॥
তাইবং ঈপাক্ লান্নিংবশিংনা,
তৌনখি মমাংঙৈদ অস্তুন্না।
তৌনরক্লিবা কর্ম্মসিবু,
নংস্থ তৌয়ো মতৌ 'স্তুন্ন ॥ ১৫ ॥
কর্ম্মন করিনো অকর্ম্মন করি
কবি ফাওবা ঙকই খঙ্‌দে।
হায়গে তারো খঙ্‌লগ মাবু,
লান্‌গনি নংন পূন্নদগী শোয়দে ॥১৬॥
"কর্ম্ম"বু মুন্না খঙ্‌বন চুম্মি,
"নত্তব কর্ম্ম"স্থ মুন্না খঙডু।
"য়াদব-কর্ম্ম"স্থ খঙ্‌গদবনি.
অরুব খোংচৎনি কর্ম্মগী খঙডু ॥ ১৭ ॥
কর্ম্মবু "নত্তব-কর্ম্ম"গুম্ খন্ন.
"নত্তব কর্ম্মবু" কর্ম্মগুম্ উবা।
মীগী মনুংদ অশিংবনি মাদো,
যোগীনি কর্ম্ম পূম্ব তৌরবা ॥ ১৮ ॥
কনাগীদমক্‌স্থ নত্রবা,
মহৈগী ৱাখল্ য়াওদ্রব।
জ্ঞানগী মৈনা চাকখ্রব কর্ম্মন
মাগী শুইববু, পণ্ডিত কৌনৈ ॥ ১৯॥
মহৈ-পাম্ব-থাদোক্লব,
তত্তন-পেঞ্জব, অমদ-তাংদব!
মচাক্তি কর্ম্মদা চঙ্‌লবস্থ,
কর্ম্মবু অমত্ত হৌদে অপুন্ব ॥ ২০ ॥
পুক্লিং ইন্দ্রিয়বু-ফারবা,
কর্ম্ম হেন্নব পোৎচং পামদ্রবা।
অপাম্ব য়াওদনা মপান্‌গী কর্ম্ম,
তৌব মীদা চঙ্‌দে পাপ অকম্বা ॥২১॥
ফংবদ পেঞ্জব, অনীথোকপ
ৱাখল্ য়াওদ্রব, কল্লকন্দব।
মহৈ য়ানব য়ান্দবদ লেঙ্‌দব ;
মাবু পুন্দে কর্ম্মনা কল্লবা ॥ ২২ ॥
অপাম্ব লাংদগী লান্থোকখ্রবা,
জ্ঞানদ থম্মোয়বু হাপখ্রবতুগী।
কর্ম্ম পূম্ব মিকুপ্ত তাকখি,
যজ্ঞনি খন্দুন তৌম্বিব মাগী ॥ ২৩ ॥

যজ্ঞগী খুৎলাই, পোৎচং বেদী,
ব্রহ্মণ তৌব যজ্ঞনি খঙ্বন,
কনা কনাগুম্ব যোগীশিংন,
অতোপ্পন ব্রহ্মগী মৈগী কুণ্ডদা,
কনাগুম্বনা ইন্দ্রিয়শিংবু,
শব্দনচিংব বিষয় পূম্ববু
কনান ইন্দ্রিয়গী কম্ম পূম্ববু,
মশাবু-ফাজিম্ব কৌব কুণ্ডদ
কনান পোৎচং যাওব যজ্ঞ,
ব্রত-কন্ব যতিশিংন, তৌই
কনান অপানদ প্রাণবু থাদৈ
প্রাণ অপান অনীগী খোংচৎপু
চাব-থক্‌প নিযম নাইব,
যজ্ঞহৈব মখোযন যজ্ঞতনা
অচুম্ব যজ্ঞগী অরেম্ব অমৃতবু,
যজ্ঞ তৌদবগী হযেংমুক্ত 'সিদস্থ ;
অসুম্ন যজ্ঞগী মখল্ মখল্,
মখোযবু কর্ম্মদগী, পোক্‌প ন
পোৎচং যাওব যজ্ঞদগী হেল্লি,
কর্ম্ম পূম্ব মমৈথঙ্দা,
খুরুমজবন, হংজরুবন,
তাক্‌পীরক্কনি নঙোন্দ,
মাতুবু খঙ্লগ, শুক্মৎপ অমুক্,
মাতুন জীব পম্ববু নশাদা
পাপপু থোইন হেন্ন তৌরবা,
তৌখিব পাপকী ঈপাক্‌পু
অকংব শীংবু চাক্‌পগুম মৈনা,
কর্ম্মশিংবু চাক্‌থেক্কনি,

যজ্ঞ-কুণ্ডস্থ ব্রহ্ম মক্তনি।
ব্রহ্ম কর্ম্মতন ব্রহ্মবু ফংগনি ॥২৪॥
দেবতাশিং পেন্নব যজ্ঞ তৌই।
জ্ঞানতন মখোযন যজ্ঞ তৌই ।। ২৫ ।।
সংযমগী অগ্নি কুণ্ডদা থাদৈ।
কনান ইন্দ্রিয়গী মৈদা থাদৈ ॥ ২৬ ॥
অচুগা প্রাণগী, কর্ম্ম খিবিক্‌পু।
থাদৈ জ্ঞানগী মৈ থাগত্তুনা ॥ ২৭ ॥
কনান তপকী, কনান ধ্যানগী।
তম্বগী যজ্ঞস্থ ব্রাখল্‌গী ॥ ২৮ ॥
প্রাণদ অপানবু কনান থাদৈ।
থিংদুন প্রণাযাম তৌই কনানা ॥ ২৯ ॥
কনান প্রাণবু প্রাণদ তিল্‌হল্লি।
পাপ পূম্ববু মাঙ্‌হল্লি ॥ ৩০ ॥
থক্‌পনা অরেম্প ব্রহ্মবু ফংঙি।
মুঙাইফম্ লৈতে ব্রাবদ নংঙি ॥ ৩১ ॥
বেদগী মচীন্দগী পোকখ্রবনি।
খঙ্‌ন, কর্ম্ম তৌরগ লানগনি ॥ ৩২ ॥
ব্রাখল্‌গী যজ্ঞনা ধনঞ্জয়!
জ্ঞানগী মনুংদ লোইশিন্‌খি ॥ ৩৩ ॥
নত্রগা সেবা তৌজরুবনা।
জ্ঞা·বু জ্ঞানী তত্ত্ব-খঙ্‌বনা ॥ ৩৪ ॥
লৈররোই নঙোন্দ অকনবা ।।
এঙোন্দস্থ উগনি নহাক্কী ॥ ৩৫ ॥
পাপীমক্‌স্থ ধনঞ্জয়।
জ্ঞানগী পোঙদ লান্‌গনি শোযরোই ॥৩৬
শীংগী মশক্ ওইরবা।
মৈনা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা ॥ ৩৭ ॥

জ্ঞানগা মান্নবা অশোংব লৈতে, অকনবা তাইবং অসিদা।
মাদুবু যোগদ সিদ্ধ ওইবমা খঙ্গনি মশানা; উগনি মশাদা ॥৩৮॥
জ্ঞানদ পূক্নিং চঙ্লব, শ্রদ্ধা লৈবা, ইন্দ্রিয়বু ভম্বনা।
জ্ঞানবু ফংলব মীদুন ফংই, অথোইবা শান্তি থীন্দনা ॥ ৩৯ ॥
খঙ্বস্থু খঙ্দব, থাজব লৈতব, চিংনগন্বদো অমাঙ্বনি মাগী।
ছন্দকী মপোক্তা তয়েংদস্থু, লৈত্রে নুঙাইব চিংনব মীগী ॥ ৪০ ॥
মান্নব-বুদ্ধিন কর্ম্মবু থাবা খাখন্ন চিংনব কোক্খবা।
আত্মাগী খাখন্দ পূক্নিং চঙ্লবা পুনব ভমদে কর্ম্মন মাবু ॥ ৪১ ॥
পঙ্বদগী পোক্প থম্মোয়দ লৈব "চিংনব" মাবু জ্ঞানগী থাঙ্না।
কল্লগ জ্ঞানগী যোগদ লৈয়ো হৌগৎলো শোক্লয়ো পাঙ্গল্ থেক্লা ॥৪২॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং চামন সংগিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্ম-বিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদা "জ্ঞান-কর্ম্ম-সন্ন্যাসযোগ" কৌবা "মরি-শুবা অধ্যায়" লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# মঙাশুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

কর্ম্ম পূম্বগী মথাদোক্পু, মখোয়গী মতিন্নসু তাক্পিরো।
অনী'সিগী মরক্ত, কদায়ন ফবা, অরেপ্প শেংন, তাক্পিরো অমা ॥ ১ ॥

## শ্রীভগবান্ন হায়ঃ—

সন্ন্যাস কর্ম্মযোগসু অনীমক্ অফব, লম্বী মক্তনি।
অনীগী মন্নুংদ, কর্ম্ম যাগন, সন্ন্যাসদগী, হেন্ন ফবনি ॥ ২ ॥
অপাম্ব কল্লক্প, মহৈ-পাম্ব, থাদোক্লবদো সন্ন্যাসীনি।
অনীগী ৱাখল্ লৈত্রবদো মায়াদগী লায়ন লান্গনি ॥ ৩ ॥
থাদোক্প তিন্নব তোঙাল্লি হায়নৈ অপংবন, হায়দে 'শিংবশিংদি।
অমতগী ৱাখন্দ, লৈরব মানা; অনীগী মহৈবু ফংব ঙম্মি ॥ ৪ ॥
সন্ন্যাসীন ফংব মফম্দো যোগীশিংসু অদুম্মক্ ফংঙি।
সাংখ্য-যোগবু, অমত ওইন, উন্নব মাতন উব ফংঙি ॥ ৫ ॥
যোগ য়াওদব, সন্ন্যাসদা, অরুবনি মাদু ৱান ফংঙি।
মহৈ পাম্দব নিস্কাম-যোগী, মুনিসু ব্রহ্মবু থিন্দন ফংঙি ॥ ৬ ॥
থম্মোয় শেংলব, যোগদ তিন্নব, মশাবু ঙম্নব ইন্দ্রিয় ঙম্নব!
আত্মাগী আত্মাদ, তিন্নব মাবু কম্ম তৌন ঙমদে কর্ম্মন পুন্নব ॥ ৭ ॥
উন-উন, তান তান, শোক্ল নম্ম, লৈন চানা।
চংন চংন, তত্ত্ব খঙ্বন, "ঐ"ন তৌব 'মত, য়াওদে" ॥ ৮ ॥
ঙাঙ্ন ঙাঙ্ন, লৌন থান, উইন উইন পাঙ্ন পাঙ্ন।
ইন্দ্রিয় বিষয়দ, লৈজবনি, হায়ন কর্ম্মবু তৌই ৱাত্তন ॥ ৯ ॥
ব্রহ্মদ থম্দুন, কর্ম্ম পূম্ব, তৌবদো মহৈগী ৱাখল্ থাদন।
মাগী মশাদ, পাপন চঙ্দে, ঈশিংনা থম্নাবু, তৌবগুম্না ॥ ১০ ॥
হকচাংন পূক্লিংন ৱাখন্ন, ইন্দ্রিয়শিংতন, যোগীশিংন।
থম্মোয়বু শেংদোক্লবগীদমক্, কর্ম্ম তৌই অপাম্ব য়াওদন ॥ ১১ ॥
"কর্ম্মগী মহৈ পাম্ব" থাদোক্তুন, যোগীন অরেপ্প শান্তি ফংঙি।
মহৈগী ৱাখন্দ, কর্ম্ম তৌবন, অপাম্বন ফাদুন য়াম্ন নংঙি ॥ ১২ ॥

পূক্লিংন কর্ম্মবু থাদোক্লগা, কর্ম্মবু তৌদন, তৌহন্দনা।
থোংলোন্ মাপল্ ফাংলব দেহদ, ইন্দ্রিয়বু ভমতুন পাল্লি নুঙাইনা ॥ ১৩ ॥
অতৌব মীস্থ থবক্‌স্থ অর্জ্জুন ! থবক্কী মহৈস্থ মপুন শেম্‌দে।
মীগী ৱাখন্তন, শেম্‌জবনি, মাগী মায়াননি মাদি য়াওদে ॥ ১৪ ॥
মপু মানা কনাগী পাপপু পুন্যবুস্থ লৌব নত্তবনি।
অজ্ঞানতন কুপ্প ৱাখন্নি অদুন জীবন শুম্মাংপনি ॥ ১৫ ॥
অজ্ঞানদুবু মাগী জ্ঞানন মাংহনখ্রব মী অদুগী।
জ্ঞানন নুমিৎকী মতৌগুম্ ঙাল্লি, অতোপ্প মাবুস্ত উহল্লি 'দুদগী ॥ ১৬ ॥
মাগী বুদ্ধিন, মাগী পুক্লিংন, মঙোন্দ লুপ্‌খ্রব মঙোন্দ চঙ্‌বনা !
জ্ঞানতন দোষ, লেতব ওইন, পোক্‌পশিবদ য়াওদ্রে মানা ॥ ১৭ ॥
মহে নোল্লুক্‌প গুণন তিল্লব ব্রাহ্মণদ শন্দ শামূদ হূইদা।
সাধুদ চণ্ডালদ, খেন্নব লৈতনা পণ্ডিতন চপ্ মান্নন উইদা ॥ ১৮ ॥
মান্নব মওংদ, পূক্লিংবু থমখ্রব হিংন হিংন তাইবংবু ঙম্নবা।
মখোয়দু ব্রহ্মদ লৈন্নবনি ব্রহ্মদদি ব্রহ্মানি দোষ লৈতবা ॥ ১৯ ॥
ওইজব ফংলগ পাখত্তবা মাঙ্‌লব মতম্‌দ মিপাইদব।
লেঙ্‌দ্রব বুদ্ধিন শুম্মাত্রবা ব্রহ্মদ লৈ মীন ব্রহ্মবু খঙ্‌ন ॥ ২০ ॥
মপান্‌গী বিষয়দা পাম্‌শিন্দ্রব আত্মাদ নুঙাইববু ফংলব।
ব্রহ্মদ তিল্লব আত্মান মাগী মাতন মাঙ্‌দ্রব ফংঙি নুঙাইব ॥ ২১ ॥
ইন্দ্রিয়গ বিষয়গ তিন্নবন পোক্‌প ভোগ পূম্ব 'ৱাবগী হৌফম্নি।
হৌব লোইব নাইবমক্তনি অশিংব কনাস্থ পাম্মুদবনি ॥ ২২ ॥
অপাম্ব শাউবদগী পোক্লক্‌প ইন্নৈবু শিদ্রিন্দৈদ থিংহৌব ঙম্নবা।
যোগী হায়ববু মহাক্কি অর্জ্জুন, লোক অসিদ মাতনি নুঙাইব ॥ ২৩ ॥
থম্মোয়দ নুঙাইব পোথাব ফংলব জ্ঞানগী মঙাল্ল থম্মোয়দ ফাওরব।
যোগীদুন ব্রহ্ম ওইন তিলহল্লি জীববু ব্রহ্মনুংদ ॥ ২৪ ॥
থম্মোয়দ পাপকী মমি তাদ্রব চিংনব লৈত্রব মশাবু ঙম্নব।
জীব পুম্বগী, কান্নবদ খন্‌ব ঋষিশিংন ঙম্মি ব্রহ্মবু ফংব ॥ ২৫ ॥
"অপাম্ব" 'শাউব থাদোক্লবা মশাবু মশক্ খঙ্‌লবা।
পুক্লিং-ৱান্নক্লব যতিশিংগী হিন্নম পূম্বদ লৈ ব্রহ্ম ফংনবা ॥ ২৬ ॥

মপান্‌গী বিষয়বু মন্থুংদ খন্দন — পিশুম্‌'নীগীরক্ত মিংফম্‌ থম্‌ ন।
অপান প্রাণ'নীবু অমত ওইন — নাতোন্দবু হোমিন্নভুনা ॥ ২৭ ॥
ইন্দ্রিয় পুক্নিং বুদ্ধি ভম্ব — নীঙ্‌জব-কিব-শাউব থারব।
অরান্‌ব খুভম্মু তান্নব মুনিনা, — ফংবনি খুভম্‌ অরান্‌ব ॥ ২৮ ॥
যজ্ঞ তপকী মহে চাব, — লোক্‌ 'পূম্বগী মপু ওইব।
জীব পূম্বগী মরুপ্‌ ওইব, — ঐবু খঙ্‌বন ভম্মি ফংব ॥ ২৯ ॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামন সংহিতা ওইব, শ্রীব্যাসদেবন লেংব শ্রীমহাভারত মহাপুরাণ, ভীষ্মপর্বদা, ব্রহ্মবিদ্যা যোগশাস্ত্র ওইরব, শ্রীমদ্‌ ভগবদ্‌ গীতা মহোপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদ "কর্ম্ম সন্ন্যাস" কৌব মঙাশুব অধ্যায় লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# তরুকুশুব অধ্যায়

## শ্রীভগবানুন হায় ঃ—

থবক্কী মতৈবু পামদনা, তোগদব থবক্পু তৌরিব তত্তন।
সন্ন্যাসী যোগীস্সু মহাক্লি সন্ন্যাসী নত্তে কর্ম তোদবঙাক্ল ॥ ১ ॥
সন্ন্যাসনি হায়নরিব, খঙগু অর্জ্জুন যোগনি।
"মহৈ পান্ব" থাদ্রিব মীনা যোগী ওইব য়াদবনি ॥ ২ ॥
যোগথক্ত কানিংবগীদি, কর্ম্মতনা পান্বে ওইগনি।
কারব মাগী তাদনবদি মহৈদ থম্মুব ৱাখল্ থাবনি ॥ ৩ ॥
ইন্দ্রিয়গী বিষয়দ চঙ্দ্রব, কর্ম্মদস্সু পুক্নিং লুপ্ত্রবা।
ফংগে নীঙ্ব থারব কান্দা, কোরে মাবু যোগদ-কারব ॥ ৪ ॥
নশাবু নশান কন্গনি, নশাবু লৈথা তাহল্লোই।
নশান নশাগী মরুপ্নি, নশান নংগী য়েক্লব ওই ॥ ৫ ॥
নশান নশাবু ঙম্লব নংদি, নশান নশাগী মরুপ্নি।
মশাবু ঙমদ্রবা মহাক্তি, মশাগী মশান য়েক্লবনি ॥ ৬ ॥
অঈং-অশা, অৱা-নুঙাই, চোপ্প লেম্ব হিরম্ পূম্বদা।
থম্মোয় ঈথক্ হৌদ্রব মাগী, অথোইব আত্মা লৈ থম্মোয়দ ॥ ৭ ॥
জ্ঞান বিজ্ঞানদ পেন্খ্রব, পূক্লেল হোংদব ইন্দ্রিয়বু ঙম্বা।
সন-লৈপাক্-নুংত্ত অমত্তুনি খনখ্রবদুনি যোগী অশেংব ॥ ৮ ॥
য়েরুব মরুপ্ মাবু কল্লক্প, মাগী ওইব-ওইদব মীদা।
অফব-ফত্তবদ, থাগৎপ-চৈবদ, মান্নন তাবদো অথোইবনি ॥ ৯ ॥
যোগীন পূক্নিং ফাদুনা, অতৈ অমবু তাঞ্জিল্লুদন।
অচিক্পদ মথন্ত লৈদুনা, মাবুত খন্গনি পুক্নিং চঙ্না ॥ ১০ ॥
হাক্ল-ৱাংদব-নেম্দব শেংব, আসনদ ফম্লগা লেঙ্দনা।
শঙ্গী মউন্ন ফীজোন্ ওইন, কুশন খুৎশা লৈতেংদুনা ॥ ১১ ॥
পূক্নিং মচিল্ লোঙ্দন থম্মোয় ইন্দ্রিয় লাক্কন লৈনি।
থম্মোয় শেংন আসন থক্ত, যোগ-ধ্যানবু তৌগনি ॥ ১২ ॥

কোক্-ঙক্শম্ হক্চাংবু
মায়কৈ অমদ ওন্দনা
থম্মোয় ঈংল নিঙাইদনা,
পুক্নিংবু ফাদুনা ঐবু খল্লু,
অস্নুন্ন পুক্নিংবু থিংদুনা
মওং-মফম্ ফংভি ঐগী,
হেন্ন চাবন, ঈচা চাদব ব্রতনা,
যোগদ মূল্লব ওইব নত্তে,
চাব-চৎপ মতম্ চাবা,
মতম্ চানা তূম্ব হৌব,
মথা পোনখ্রব থম্মোয়ন,
কামনা পূম্বদগী হন্থরব কান্দ,
নুংশিৎ চঙ্দব মফম্দ,
আত্মাদ তিন্খ্রব যোগীগী থম্মোয়দি,
যোগতন থম্মোয় লেঙ্দন,
মশান মশাদ মশাবু উরগ,
ইন্দ্রিয়ন ফংদ্রব বুদ্ধিতন ফংব,
খঙ্খ্রব কান্দ "মাবু" নত্তন,
মাদুবু ফংলগ মাদুবু হেনব,
মাড়দ লৈরব পূক্লিংবু মাগী,
তাইবংগী অরাব কোক্লব পাম্বে,
হন্দব পুক্চেন্ন যোগ অদুবু,
নীঙ্খিবদগী পোক্খ্রব,
অরাপ্প নক্প বিষয়াদ,
তপ্ন তপ্ন চনীঙ্ তান,
নশাদ লেংদন পূক্লিংবু থমদুন,
তপ্থব লৈতব থক্লব পূক্লিংন,
থেম্দুন নৌদুন পূরক্লগা,

পুক্লিংদ লেঙ্দন থম্দুনা।
নাতোল্ নাক্চি য়েংদুনা ॥ ১৩ ॥
ব্রহ্মচর্য্য শেংন ঙাক্তুনা।
থম্মোয়বু ঐঙোন্দ থম্দুনা ॥ ১৪ ॥
যোগীন, তত্তনা আত্মাবু খল্লিবা।
মহাক্ল পোত্থাফম্ শান্তি ওইরবা ॥ ১৫ ॥
তুমদুন ঙাক্ত লৈবদুনস্থু।
ঈতুম্ তুম্দন লৈবনস্থু ॥ ১৬ ॥
কর্ম্ম মতীক্ চানা তৌবা।
শোয়দবনি যোগদ সিদ্ধ ওইবা ॥ ১৭ ॥
অথোইব আত্মাদ তুংথরব।
কৌই যোগদ তিন্খ্রব ॥ ১৮ ॥
থাউমৈগী মৈরিন হাইদবগুম্।
বিষয়দ চঙ্দবন লেংদে অদুম্ ॥ ১৯ ॥
পোত্থাথরব মতম্ অদুদ।
পেল্লি মশাগী থম্মোয়নুংদ ॥ ২০ ॥
অরোইব নাইদ্রব নুঙাইবদো।
অতৈদ যোগী-গী পুক্লিং চঙ্দেদো ॥ ২১ ॥
লৈতে ফংনিঙাই অতৈ থন্দুন।
লেংহম্ব ঙমদে থোইন রাবন ॥ ২২ ॥
যোগ কৌবদো খঙদব য়াদে।
শোয়দন সাধন তৌদব য়াদে ॥ ২৩ ॥
অপাম্ব অতৈ থাদোক্তুনা।
পূক্লিংন ইন্দ্রিয়শিং খাম্জন্দুনা ॥ ২৪ ॥
মথং মথং চাংবু নাইনা।
লৈগনি অতৈ থন্দনা ॥ ২৫ ॥
চংঙু চংঙুব বিষয়দুদগী।
রাখন্দ লুপ্হন্গনি আত্মাগী ॥ ২৬ ॥

রজোগুণ রাখল্ থাদোক্লব, পাপ লৈতব পুক্‌চেল্ ঈওথখ্রব।
ব্রহ্ম মশক্ ওইব যোগীন, সুখ্যাইব ফংভি খ্বাইদগী হেন্‌ব ॥ ১৭ ॥
পাপকী রাখল্ খন্দন, তত্তুন পূক্লিংন আত্মাত থন্‌ব।
যোগীন লায়ন ফংব ভস্মি, ব্রহ্ম ফংবগী সুখাইব ॥ ২৮ ॥
মফম্ পূম্বদ মাম্নন উব, যোগন মাঙোন্দ লোইন পূন্‌ব।
যোগীন মশাবু জীব পূম্বদ, পূম্ববু ভস্মি মশাদ উজব ॥ ২৯ ॥
মফম্ পূম্বদ ঐবু উরব, ঐভোন্দ অপূম্বা উরবা।
মাগী মফম্‌দ ঐনা মাঙ্‌দে, ঐভোন্দগী মাস্থ য়াদে মাঙ্‌বা ॥ ৩০ ॥
অচৎ চত্তুদ লৈব ঐবু, নীংলব পুক্‌চেল্ হোংদন।
লৈনিংব মওংদ লৈদনস্থ, যোগী মাদি লৈ ঐভোন্দ ॥ ৩১ ॥
মশাগ পান্দম্নরগ, অরা সুখাই পূম্ববু।
অমতনি খ্বাইগীনি খল্লবা, খঙভু অথোইব যোগীনি মাদু ॥ ৩২ ॥

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

অমত ওইব রাখম্ন, যোগবু তাক্‌পীরো জনার্দ্দন !
মাগী অরেপ্প মওংদি উদ্রি, অরেপ্প লৈতবন পূক্লিংন ॥ ৩৩ ॥
পূক্লিংদি তপ্‌থব হৈতবনি, অকন্‌বনি হক্‌চাং নৈহৎপনি।
পূক্লিং ফাব হায়বসি, সুংশিৎপু ফাবগুম্ থোক্‌পনি ॥ ৩৪ ॥

## শ্রীভগবানুন হায়ঃ—

ফাঙমদ্‌বনি অচুম্বনি, তুমিন্ন লৈতব পূক্লিংনি।
হোৎনবন বিষয়বু থৌশাদবন, মাবু ফাব ভম্‌গনি ॥ ৩৫ ॥
পূক্লিং ভম্লব নোম্ব হন্দব, মথোয়দি লায়ন ফংগনি ॥ ৩৬ ॥

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

শ্রদ্ধাদি লৈব যত্নদি রাৎপ, যোগদগী পূক্লিং হন্‌থরব।
যোগগী মহে ফংখিদ্রব মীন, ফংখিবগে মফম্সু করম্বা ॥ ৩৭ ॥
যোগন ব্রহ্মগী লম্বীদ চৎপদ, অমস্থ অমস্থ পাঙহোদবন।
লম্মুক্‌নদুন চীঙ্‌নফম্ লৈত্রব, মাঙ্‌বর মীদো তাক্‌কুম্ লৈচিম্ন ॥ ৩৮ ॥
চিংনজৈ মাসি ননাইন কৃষ্ণ ! চিংনবসিবু কক্‌থৎপিগনি।
নহাক্ নত্তুন কনান ঐগী, চিংনবসিবু কোক্‌হনবিগনি ॥ ৩৯ ॥

## শ্রীভগবানুন হায়ঃ—

অদুগুম্ব মীদি লোক অনীদা, মাঙ্ব লৈতে কৈদৌঙৈদস্থু।
অফব লম্বীদ চংঙুব মীদি, অন্নাব ফংদে ঙম্মকত্রবস্থু ॥ ৪০ ॥
যোগদ মহৈ য়ান্দ্রবশিংন, লৈরগ স্বর্গদ মতম্থু কুইন।
নিংথিব শেংলব ইমুংদ হঙ্গ, চঙ্ডুন পোকই শোয়দন ॥ ৪১ ॥
নত্রগ জ্ঞানী যোগীশিংগী, শাগৈদ পোক্লৈ য়াইফব মাদো।
মাসিদনি অতাঙ্‌ব মপোক্তি, মীওইবগী তাঙব মপোক্লি হায়বদো ॥৪২॥
মমাংগী মপোক্ত তান্‌থিব লৌশিং, হন্দক্নী মপোক্ত থুনা ফংঙি।
হন্দক্তি পোক্‌পগ অতাক্‌প নাইদন, চংলক্‌প লম্বীদ ’ডুম্ চংলি ॥ ৪৩ ॥
মমাঙ্‌ঙৈদ ভোথিব অভ্যাসন, হন্দক্তি বিষয়দ তাররবস্থু।
মাডুবু লান্নব লম্বী থিরকই, মহে পাম্‌দে কর্ম্ম তৌরবস্থু ॥৪৪॥
অস্তুম্ব মপোক্ কয়াগী তুংদ, কন্নস্থু যতন তৌজব যোগীন।
পাপকী শরুক্ য়াওরক্তডুন, তুংদ ব্রহ্মবু ফংঙি মাদনা ॥ ৪৫ ॥
তপস্বীদগী যোগীন হেল্লি, জ্ঞানীদগীস্থু হেল্লি যোগীনা।
কর্ম্মীদগীস্থু যোগীন হেল্লি, কর্ম্মযোগী ওইয়ুনে অর্জ্জুন ! ॥ ৪৬ ॥
যোগীশিংগী মনুংদস্থু থম্মোয়দ থাজবগা লোয়নবা।
ঐবু নিংশিং নিংশিংডুনা, অথোইব যোগীনি কর্ম্ম তৌবনা ॥৪৭॥

মাসিদ শ্লোক-লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ, ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্ম বিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্-ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদ “সন্ন্যাসযোগ” কৌবা “তরুক্‌শুবা অধ্যায়” লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# তরেৎশুব অধ্যায়

## শ্রীভগবানুন হায়

ঐঙোন্দ পুক্লিং থিংজিন্দুন, ঐঙোন্দ চঙ্‌তুনা যোগ তৌ।
চিংনব লৈতন লোইন ঐবু, খঙ্‌নব জ্ঞানবু তাক্কে লৌ ॥ ১ ॥
অথুপ্প তত্ত্ব জ্ঞানবু তাক্কে, মখাক্ লৈতন নঙোন্দ ঐ।
মাগুবু খঙ্‌লগ অতৈ'ম লৈতে, খঙ্‌গদব ৱাপ্রে লৈত্রে অতে ॥ ২ ॥
মীওইব লিশিংগী মনুংদ অমতং, মহৈ য়ান্নব হোৎনৈ কন্ন।
মহৈ য়ান্‌খিবশিংগী 'নুংদসু, কনাগুম্বতন ঐবু খঙ্‌খি মুন্না ॥ ৩ ॥
লৈপাক্ ঈশিং মৈ নুংশিৎ, আকাশ পুক্লিং বুদ্ধিসু।
"ঐ" হায়ব ৱাথল্ নিপাল্'সে ঐগী লোয়নবীমক্কনিসিসু ॥ ৪ ॥
মখোয়সিন "অপরা" কৌই, "পরা" হায়বী অমসু লৈবনি।
জীবগী মশক্তি মাসিদি অর্জ্জুন, মাদন জগৎসি পুরিবনি ॥ ৫ ॥
লেঙ্‌ি পাল্লিব পূন্নমক্‌সিগী, মখোয়সিতন পোক্লক্‌ন্নি।
জগৎপূম্বগী হৌফম্ লোইফম, খঙ্‌উ অর্জ্জুন ঐন ওইবনি ॥ ৬ ॥
ঐঙোন্দগী তোঙান্‌খিব, অতৈ করিসু লৈতে অর্জ্জুন!
লিক্‌লু ময়ান্ন লংজাদ লেংবগুম্, লেংবনি পূম্বসি ঐঙোন্দ ঐনা ॥৭॥
রস ওইন ঈশিংদা লৈ; নুমিৎ থাদনা মঙান্নি ঐন।
বেদদ ওঁকার অতিযাদ শব্দ, নিপাগী জাত্তা থৌনানি ঐন ॥৮॥
মনম্ ওইন লৈপাক্ত লৈ, মৈশা ওইন নুমিত্ত লৈবনি।
অচচ্চওগী পুনশিনি ঐন, তপস্বীশিংগী তপস্যানি ॥ ৯ ॥
মরুনি ঐন অচচ্চত্তগী, মতম্ পূম্বদ লৈবনি ঐনা।
অশিংবশিংগী বুদ্ধিহু ঐনি, তেজ লৈবগী তেজনি ঐনা ॥১০॥
কল্লকুপ-শাউব-য়াওব পাঙ্গল, অকম্বশিংগী ঐনা ওই।
ধর্ম্মগী অকায়ব ওইদ্রব "পাম্ব" ঐনি খঙ্‌উ ধনঞ্জয় ॥ ১১ ॥

সত্ত্ব রজ তম গুণস্থু,
ঐঙোন্দগী থোক্পনি ঐঙোন্দ নৈ,
গুণ অহুম্গী মওং সিদনা,
মখোয়দগী তোঙানব লেঙ্দব ঐবু,
গুণ অহুম্গী মশক্ ওইবী,
ঐঙোন্দ চঙ্জব মখোয়তন,
নত্তব কর্ম্মত তৌখ্রব পঙ্খ্রব,
মায়ান শুক্ষৎপ জ্ঞান ওইবন,
মথল্ মরিগী অফব মীনা,
ৱারব, খঙ্নিংব, অপাম্ব নৈতব,
মখোয়' মনুংদ'শিংবন লেঙ্দব,
জ্ঞানী ভক্তগী মরুপ্নি ঐদি,
পুক্চেল চাউবদি মখোয়দনি,
অশিংব মাস্থ অরেপ্প ৱাথন্ন,
মপোক্ কয়াগী মতুংদ,
জগৎ পুম্ব বাসুদেবনি খঙ্ঙি,
পাম্মু পাম্মুবন জ্ঞান মাঙ্তুনা,
মপোক্কী স্বভাবনা ইঙ্খিল্লকতুনা,
মান মান পাম্ব মওংবু.
মাগী মাগী ভক্তি অহবু,
লেংদবী ভক্তি অদুমক্তনা,
অদুদগী ঐন শেম্ব বিষয়বু.
বুদ্ধি থেন্নব মখোয়গী মহৈদি,
দেবতাবু নীঙ্বন দেবতা ফংঙি,
তাইবংদ নৈতব ঐগী মওংবু,
খঙ্দব অপঙ্ব তাইবংন খল্লি,
যোগমায়ানা কুপ্তুনা নৈবন,
পোক্প মাঙ্ব নৈতব ঐবু,

অহুম্সিদগী পোক্প ৱাখন্স্থু।
নৈতে ঐদি মখোয়দস্থ ॥ ১২ ॥
শুক্ষৎতুন নৈবন জগৎ পুম্বনা।
খঙ্দে অদুন মখোয়না ॥ ১৩ ॥
মায়ানি অঙকপী লাঙভন্দবী ঐগী।
লাল্লি লায়না মায়াবু ঐগী ॥১৪॥
অতোন্নব মীদন ঐঙোন্দ চঙ্দে।
তম্‌গিব মওংদ তাখরে খঙ্দে ॥১৫॥
ঐবু থিরকই ধনঞ্জয়।
অদুগা জ্ঞানী মরিনি মখোয় ॥১৬॥
ভক্তিন ঐবু নীঙ্বন'খোইবনি।
মখোয়স্থ ঐগী চান্নবনি ॥ ১৭ ॥
জ্ঞানীন ঐগী আত্মা ওইরি।
গতিনি খন্দুন ঐবু নীঙ্জরি ॥১৮॥
অশিংব মীনা ঐবু ফংজে।
মহাত্মা মাবু তাঙ্বনি খঙ্নৈ ॥১৯॥
অতোপ্ অতোপ্প দেবতাবু লাৎলি।
মান মান থোক্প লাইনিং শেল্লি ॥২০॥
ভক্তিগ লোয়নন লাচ্চগে নীঙ্জে।
লেংহন্দে ঐনা খল্‌হন্দে অতে ॥২১॥
নীঙজবা লাম্নবা হোৎনজে।
লাচ্চবগী মহৈ ওইন ফংজে ॥২২॥
ঙহাক্তদ অরোইব নাইখি।
ঐবু নীঙ্বন ঐবু ফংখি ॥ ২৩ ॥
তোংদব অতৈগ মান্নদব ভাবপু।
মূর্ত্তি নৈবনি নৈতব ঐবু ॥ ২৪ ॥
পূম্নমক্কী মফম্‌দ ঙাল্লুদে ঐনা।
খঙ্ব ঙমদে অপঙ্ব মীনা ॥২৫॥

হৌখিব লৈৱিব লাকদবশিংবু ঐদি লোইন খঙিঙ অর্জ্জুন।
অউব উদব খঙিব ঐবু— খঙ্দে খঙ্গে হোৎনদে কনান ॥২৬॥
কল্লকপ অপান্বদগী পোক্লবা, অনীথোক্পগী ৱাখল্না।
পঙ্থব ফংভি জীবশিংনা, সংসারসিদ অকন্বা ॥ ৩৭ ॥
পুণ্যকর্ম্ম ভৌবতনা, থম্মোয় হক্চাংগী পাপ লৈতবন।
অনী থোক্পনা শুদ্ধাত্রব, ঐবু নিংভি ৱাশক্ চেৎপন ॥ ২৮ ॥
পোকপ শিব নাইদবা, হোৎনৱিব ঐবু কাউদনা।
আত্মা ব্রহ্ম কর্ম্ম পূর্ব, খঙ্বা ঙম্মি মখোয়না ॥ ২৯ ॥
অচচ্চত্ত দেব যজ্ঞগী, তুংনফম্ ঐবু মুন্ন খঙ্লবা!
পুক্চেল শেপ্লব মীশিংন, ঐবু খঙভি শিৱম্দাই ফাওবা ॥৩০॥

মাসিদ শ্লোক-লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসদেবন লেংব—শ্রীমহা-ভারত মহাপুরাণদ, ভীষ্মপৰ্বদ, ব্রহ্মবিদ্যা যোগশাস্ত্র ওইরব, শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা মহোপনিষদ্ত শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদ "জ্ঞান-বিজ্ঞান" কৌব তরেৎশুব অধ্যায় লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# নিপান্শুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

ব্রহ্মান করিনো আত্মান করিনো, করিনো কর্ম্মনা জনার্দ্দন !
অধিভূতন করিনো, অধিদৈবন করিনো তাক্পীয়ু তোঙান্ তোঙান্ন ॥ ১ ॥
অধিযজ্ঞন কনানো, করন্না হক্চাংসিদ লৈরিবা ?
পুক্চেল্ লেপ্পন করন্ন, অরোইব নুমিত্ত নংবু খঙ্লিবা ॥২॥

## শ্রীভগবানন হায়ঃ—

অমাঙ্ব লৈতবন ব্রহ্মনি, মাগী মশক্লা আত্মানি।
জীবগী ভাবপু পোক্প য়াব, থবক্মথৈ কর্ম্মনি ॥ ৩ ॥
পোক্প শিব নাইবন হক্চাংদ অধিভূতনি।
পুরুষন অধিদৈবনি, অধিযজ্ঞন অথোইব ঐনি ॥ ৪ ॥
অরোইব নুমিত্ত ঐবু নীঙ্ন, নীঙ্নবু হক্চাং থাদোক্তুনা।
চৎখিব জীবন শোয়দন ফংঙি, মওংবু ঐগী চিংনব লৈতনা ॥৫॥
অদুম্ অদুম্ব খন্দুন ভাবপু, মমৈদ হক্চাংবু থাদোক্প জীবদি
অদুম্ অদুম্ব মওংদ চৎখি, ওত্তন ভাবতু খন্দুনা মাদি ॥৬॥
অদুন মতম্ পুম্বদ অর্জ্জুন ! লাল্বু শোক্নৌ নীঙ্ন ঐবু।
ৱাখল্ পুম্ব ঐঙোন্দ থমখ্রব, ফংঙি চিংনম্নু মাদনা ঐবু ॥ ৭ ॥
"হোৎনব" কৌব তৌরিব, মাইকৈ'মদা পন্দ্রব থম্মোয়না।
মাবু কাউদনা কর্ম্ম তৌবনা, অথোইব আত্মা ফংঙি মাদনা ॥৮॥
অহান্ব তাইবং শেম্বদুবু ভাক্পা, পীক্পদগীম্নু হেন্ন থোইন পীকপ।
খঙঙম্দব মান জগৎপু পুন্নিব, অমম্ব য়াওদ্রব নুমিৎকুম ভান্ব ॥৯॥
অরেপ্প পুক্লিংন মগাক্পু নীঙ্বন, অরোই'নুমিত্ত ভক্তিগ লোয়নন।
থরায়বু পিশুম্'নাগীরক্ত থম্দুন, অথোই' আত্মাবু ফংঙি মাতনা ॥১০॥
ওঁকারনি হায় মাবু বেদহৈবন, যতিশিংন চংজৈ অপাম্ব য়াওদনা।
কমান নীংঙি ব্রহ্মচারী ওইদুন, মাগী ফংফম্নু ঐ হায়গে শম্না ॥১১॥

ইন্দ্রিয়গী থোঙ্ অয়াম্ব থিংদুন,
কোক্থক্ত মুংশাস্বর পুদুন,
ময়েক্ অমত্ত ঙায়খ্রব,
জীবন হক্চাং থারগ,
অতোপ্প খন্দন অতৎপ লৈতনা,
থাখন্ন ঐঙোন্দা তিল্লব মাঙোন্দ,
ঐবু ফংলগা 'থাবগী তুংফম্,
অমুক্ ফংঙদ্রে পুক্চেল্ চাউবনা,
ব্রহ্মলোকতগী হোৌরদুনা
হন্না পোক্প শিবমক্তনি,
যুগ লিশিংন ব্রহ্মাগী অহিং,
অহিং মুংথিল্গী তত্ত্ব খঙ্বন,
মশক্ নাইদবদগী 'পূম্ব,
অহিংগী শরুক্ত লুপ্খি 'পূম্ব,
প্রকৃতিগী মখাপোন্দুন,
পোক্রম্ পোক্রম্লগা লুপ্খিবঙাক্নি,
উদবদগীসু উদবা 'তোপ্প,
উরিব 'পূম্বসিন মাঙ্খ্রবদ,
মশক্ নাইদব মাঙ্দব মাবু,
মক্মদু য়োৌরগা জীবন হন্দ্রব,
অতোপ্প উদবা পুরুষদুদি,
অচচ্চত্তনা থমোয়দা তুংলি,
করম্ব মতম্দা চৎখিব জীবন,
করম্ব মতম্দন হল্লক্তব,
উত্তরায়ণগী থাবুম তরুক্ত,
চৎখিব কর্ম্মযোগীশিংন,
দক্ষিণায়ণগী থাবুম্ তরুক্ত;
চৎখিব জীবন থাগী মঙাল্,

থম্মোয়দ পুক্নিংবু কন্ন ফাদুনা।
যোগ নিয়মদ চঙ্ব মহাকনা ॥১২॥
ওঁ ব্রহ্মবু শোল্লিব ঐবু নীঙ্দুনা।
অথোইব গতিবু ফংঙি মাদনা ॥১৩॥
তত্তনা ঐবু নীঙ্লিবা।
ওইদে ঐনা অতাঙ্বা ॥ ১৪ ॥
অরেপ্প লৈতব মপোক্পু।
ফংঙি পোক্পগী মহে য়াম্ববু ॥১৫॥
লোক্ পূম্বদ লৈরিব পূম্বসে।
ঐবু ফংলবগীদি মপোক্ লৈত্রে ॥১৬॥
লিশিং অমন মুংথিল্ ওই।
অসুম্ব খঙ্ভি মতম্গী খোংলোই ॥১৭॥
মশক্ নাইখি মঙাল্ 'মুংদ।
মশক্ নাইদবগী মনুংদ ॥ ১৮ ॥
ব্রহ্মাগী অহিং ওইরক্পদা।
অচচ্চত্তনা পোক্খি অতোন্বদা ॥১৯॥
তত্তন লৈব অমা লৈরি।
মাদি মাঙ্ব লৈতনা লৈরি ॥২০॥
হায়নৈ অথোইব খুভম্নি।
মাদু ঐগী অথোইব ধামনি ॥২১॥
অতৈন ফংদে ভক্তি নত্তন।
মাগী 'পূম্বসি শেমখি মাদুন ॥২২॥
তাইবংদ অমুক্ হল্লক্পগে।
মতম্দু তোঙান্ তোঙান্ন হায়গে ॥২৩॥
পান্খৎলক্পগী মুংথিল মৈগুম্ ঙাম্বদা।
ব্রহ্ম খঙ্বন অমুক্ হল্লক্তে ॥২৪॥
শিথরক্পগী অহিং মৈথুন মম্বদা।
ফংলগ অমুক্ হল্লকই তাইবংদা ॥২৫॥

অমম্ অঙাল্ খোঙ্‌চৎ অনী, জগৎকী লেঙ্‌ত্রব লম্বী ’নীনি।
অমন হল্লক্তবগী লম্বী, অমনা অমুক্ হল্লক্পগীনি ॥২৬॥
লম্বী ’নীসিবু মুন্না খঙ্‌বা, যোগী কনাস্থ শুদ্ধাত্তে।
অদুন মতম্ পূম্বদা, যোগদা লৈয়ু অমদা নত্তে॥ ২৭ ॥
বেদ তম্বদ যজ্ঞদ তপদ, দান তৌবদা হায়রিব মহৈ।
যোগীন অথোইব মফম্মু ফংডি, লান্দুন হায়খ্রিব মহৈমখৈ ॥ ২৮ ॥

মাসিদ শ্লোক-লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব— শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী সম্বাদদ "অক্ষরব্রহ্ম" কৌবা "নিপানশুবা অধ্যায়" লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# মাপনশুব অধ্যায়

## শ্রীভগবানুন হায়

বিজ্ঞানগ লোয়নব অথুপ্প জ্ঞানবু,
কল্লকৃপ য়াওদ্রব নঙোন্দ হায়নি।
মাসিবু খঙ্লগ তাইবং জীবন,
অৱাব তাইবংদগী লায়ন লান্‌গনি ॥১॥
বিদ্যাগী নিংথৌ অথুপ্পগীসু থুপ্পবা,
শেংলব থোইন ফৱব জ্ঞাননি।
মীৎমক্ক উব মহৈ পীব,
লায়ন ফব লেঙ্‌দ্রব জ্ঞাননি ॥ ২ ॥
'সিগুম্ব জ্ঞানগী মশক্ ওইৱব,
ধর্ম্মদ থাজদবন অর্জ্জুন।
ঐবু ফংদন অশিব তাইবংদ
লৈবনি হঙ্গৎহন্দা চত্তুন ॥ ৩ ॥
অফোংব মূর্ত্তি লৈতব ঐন,
অউব জগৎ পূম্বসি শেম্বনি।
লেংঙি পাল্লিব ঐঙোন্দ লৈবনি,
ঐদি মথোয়দ লৈরুদবনি ॥ ৪ ॥
থাঙ্গৎশেংবদি প্রকৃতি পূম্ব,
ঐঙোন্দ লৈতে মায়া য়েঙ্গুনা।
তাইবংবু পুদে তাইবংদ লৈতে,
তাইবং পোক্কব ঐগী আত্মানা ॥৫॥
শিন্দুংলব অচৌব মুংশিংন,
পাক্লব 'তিয়াদ উদন লৈবগুম্।
অদুম্ব ঐঙোন্দ লৈবনি খঙ্ঙু,
হায়বদি লৈবনি লৈতবগুম্ ॥ ৬ ॥
কল্লগী প্রলয় ওইৱব কান্দ,
ঐগী প্রকৃতিদ চঙ্‌খি অচচ্চত্তনা।
খুৎশেম্‌গী হৌবদ মথোয়বু অমুক্,
ঐন শাগৎলি প্রকৃতিতন ॥ ৭ ॥
প্রকৃতিগী মখাপোম্ব ঐন,
লনাইগী প্রকৃতিদ লৈন-লৈন।
মাগী মাগী কর্ম্ম 'তুংইন্ন,
অচচ্চত্তবু শেম্মি হন্ন হন্না ॥ ৮ ॥
কর্ম্মদ হৈনিংদবগুম,
মহৈ পাম্‌দন মথোয়দ লৈব।
ঐবু কর্ম্ম মথোয়ন.
পুন্ব ঙম্‌দে খঙ্ঙু পাণ্ডব ॥ ৯ ॥
ঐগী খোঙ্‌লৈ য়াগং ইন্ন
অচচ্চত্তবু শেম্লিবনি।
ঐগী মায়ান মবম্ ওইদুনা,
জগৎন কোয়লৈ লৈবনি ॥ ১০ ॥
প্রকৃতি পূম্বগী মপু ওইব,
অতোপ্প ঐগী মওংবু।
খঙ্‌দবন মীগী হক্চাং,
পুবসিদ থৌওইদে ঐবু ॥ ১১ ॥
অৱেম্ব আশা অৱেম্ব কর্ম্মদ,
কান্নদব ৱাখন্দ ঙাওদুনা।
পূব্‌চেল্ থীব হিংচাবগী,
শুক্ষৎনব মওংদ চঙ্‌খি পঙ্‌বন ॥১২॥

লেঙ্দবা ৱাখন্দ অতৈবু খন্দন,
পূক্চেল্ চাউবদি লাইগী ওইব,
কনান জ্ঞানগী যজ্ঞনা,
মফম্ মায়কৈ পূম্ব থুংব
বেদ কর্ম্ম স্মৃতি কর্ম্ম,
মন্ত্র-অগ্নি যজ্ঞ পোৎচং,
জগৎসিগী মমা মপা,
খঙ্গদব ওঁকার শেংলবা ঋগ্,
থুংফম্ য়োক্পিব মপু উবিব,
হৌফম্ লোইফম্ তুঙ্নফম্,
নুমিৎ ওইন চাক্ই িঞ্চংলি,
শিদ্রিব শিখ্রব, শিব শিদব,
বেদ অহুম্গী কর্ম্ম তৌব,
মখোয়ন যজ্ঞন নিংদুনা ঐবু,
মখোয়ন অশেংব কর্ম্মগী মহৈ,
দেবগী ভোগপু ফংভি মখোয়ন,
পাক্চাউরব স্বর্গগী ভোগপু,
মর্ত্তলোকত অমুক্ চংঙৈ,
অসুম্ন বেদ অহুম্গী,
পোক্প শিব সংসারদ,
অতোপ্প খন্দন ঐবু নিঙ্লিব,
ঐন ইরাইন পুজগনি,
কর্ম্মগী মহৈ পাম্বশিংন
মখোয়সু ঐবু নিংঙিদি হায়রবু,
যজ্ঞগী মপু মহৈ চাবসু,
অশিব সংসারদ অমুক্ তারৈ,
দেব নিঙ্বন দেবলোক,
ভুত যজ্ঞ তৌবন পঞ্চভুত,

প্রকৃতি-হৌফম্ ঐবু খন্থি।
মশাবু ভাল্গম্ব মওংদ চৎখি ॥ ১৩ ॥
ঐবু নিংঙি অতোপ্প খরনা।
ঐ 'মতবু তোঙাম্ব ৱাখন্না ॥ ১৪ ॥
স্বাহা স্বাধা মহৌষধিসু।
ঐ মক্তনি হোম তৌবসু ॥ ১৫ ॥
অয়োক্পা মপাগী মপাসু।
ঐহাক্নি সাম্-যজুসু ॥ ১৬ ॥
লৈফম্ চঙ্নফম্ মরূপ্সু।
ঐনি মাঙ্বা লৈতব মরূসু ॥ ১৭ ॥
ঈশিংবু থাদে নোং ওইনা।
অরৈব লৈতব ওইবনি ঐদনা ॥ ১৮ ॥
সোম থক্পা পাপ লৈত্রবা।
নিজরি স্বর্গগী ভোগপু ফংবা ॥ ১৯ ॥
স্বর্গ লোকপু ফংদুনা।
স্বর্গ মক্তদ লৈদুনা ॥ ২০ ॥
ফংলুরগ মখোয়না।
লোইবগ মখোয়গী পূণ্যনা ॥ ২১ ॥
সকাম্ যজ্ঞ তৌবনা।
হঙ্গৎহন্দা চৎলি তত্তনা ॥ ২২ ॥
ৱাখন্ন ঐভোন্দ তত্তন তিল্লিবা।
মখোয়ন ফংব লোইশিন্বা ॥ ২৩ ॥
ভক্তিন অতৈ দেবতাবু নিংঙী।
হৌনবী মরম্ ঘাওদন নিংঙি ॥ ২৪ ॥
ঐনি খঙ্ভু অর্জ্জুন নংন।
মুম্ন ঐবু খঙ্দবন ॥ ২৫ ॥
মপা'পু লাৎপনা পিতৃলোক ফংঙি।
ঐবু নীঙ্বনা ঐবু ফংঙি ॥ ২৬ ॥

উহৈ লৈমনা 'মতস্সু, ঈশিং খুজোক্ অমতবুস্সু।
মহৈ পাম্‌দনা ভক্তিন কৎলব, ভক্তিন লৌই মাহুবু ঐস্সু ॥ ২৭ ॥
তৌরিব চারিব হোম তৌরিব, নংনা তৌরু তৌরুবহুস্সু।
তপস্যা তৌরুব অপূম্ব অর্জ্জুন্, ঐঙোন্দ কখোকৃউ অতৈস্সু ॥ ২৮ ॥
অফ ফত্ত মহৈন তিন্‌বা কর্ম্মন পুনবদগী নান্থোক্কনি।
ঐঙোন্দা কর্ম্ম থাদোকৃপনা, কর্ম্ম থাদোকৃপ ঐবু ফংগনি ॥২৯॥
জীব পূম্বদ অমতনি ঐদি, ঐগী মরুপ্ য়েক্কব লৈতেদা।
ঐবু ভক্তিগ লোয়নন নিংবদ, ঐ লৈ মখোয়স্সু ঐঙোন্দা ॥ ৩০ ॥
লম্‌চৎ ফন ফত্তবস্সু ঐবু, খন্ন তৌরবা অতৈ খন্দন।
মাবু সাধুনি হায়ন লৌগনি, লেপ্পবনি মাদি অচুম্বদন ॥ ৩১ ॥
থীন্দন ধর্ম্ম চেন্ন ওইনি, লেঙ্‌দনী শান্তি ফংগনি।
খঙ্গু অর্জ্জুন অচুম্বনি, ঐগী ভক্তদি মাঙ্‌দবনি ॥ ৩২ ॥
বৈশ্য-শূদ্র মুপী খঙ্‌দে, পাপকী মপোক্ত পোক্‌প লেতে
ঐঙোন্দ ভক্তিন চংজব মীদো, অখোইবা গতিব্ ফংদব লৈতে ॥ ৩৩ ॥
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি ওইরগ, ভক্ত ওইবগীদি করি হায়নি।
মাঙ্‌লগদবা রাবগী তুংফম্, হকচাংবু ফংলিঙৈ নীঙ্‌হৌনি ॥ ৩৪ ॥
ঐবু নিংঙু ভক্ত ওইয়ু, পূজা তৌ নোল্লু ঐঙোন্দ।
ঐঙোন্দ নশাবু চঙ্‌দুন তিল্‌হল্লু, ঐবু ফংগনি অদুতদা ॥ ৩৫ ॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামনা সংহিতা ওইব, শ্রীব্যাসদেবন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ; ভীষ্মপর্ব্বদা, ব্রহ্মবিদ্যা যোগশাস্ত্র ওইরবা, শ্রীমদভগবদ্ গীতা মহোপনিষৎত শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ধর্ম্ম সম্বাদদ "রাজবিদ্যা-রাজগুহ্য" কৌব মাপন্‌শুন্দ অধ্যায় লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ

# তরাশুব অধ্যায়

## শ্রীভগবানুন হায়ঃ—

অমুক্ হন্ন অকন্ব অর্জ্জুন ! ঐগী অথোইবা ৱাসি তারো।
নংগী ফনবগী দমক্ত হায়গে, চান্নব মীওইব মুন্ন তারো ॥ ১ ॥
ঐগী হৌফম্ লৈফম্ খঙ্দে, লাইন ঋষি অচৌবশিংন।
লাই হিংচাব ঋষিশিংগী, হৌফম্নি অহানব মখোয়গী ঐন ॥ ২ ॥
ঐবু হৌফম্ লৈতব পোক্প, জগৎপু লোইবনি খঙ্লিব।
অশিবনি মাদো মর্ত্ত্য লোকতা, অয়াম্বা পাপতগী ঙম্মি লান্ব ॥ ৩ ॥
ৱাংল্ লৌশিং শুদ্ধান্তব, অচুম্বা ঙাঙ্ব ইন্দ্রিয়বু ঙম্বা।
ঙাক্পিহৈবা অৱা-নুংঙাই অরৈব লৈতব কিব-কিদব ॥ ৪ ॥
হিংসা তৌদব মগন্ত পেঞ্জব, তপস্যা দান অমত্তা ওইব।
ঐঙোন্দগী তোঙান্ ২না পোক্খি, মীওইবগী মিংচৎথীবা ফজব ॥ ৫ ॥
মহর্ষি তরেৎ মনু মরি, অহানবদুগ সনকনচিংবা।
তাইবংদা মচা মশুনা থল্লিব, পূক্নিংদগী ঐগী পোক্খি পূম্ব ॥ ৬ ॥
ঐগী অসুম্ব ঐশ্বর্য্যবু যোগ শক্তিবু মুন্না খঙ্লব।
মহাক্সু লেঙ্দব যোগন তিল্লে, মাসিদ লৈতে চিংনব ॥ ৭ ॥
ঐন পুম্নমক্কী থোক্ফম্নি, ঐ লৈবদগী জগৎ পূম্বনা।
লেংলি পাল্লিবনি হায়ন, খঙ্বন ঐবু নীংঙি থাজনা ॥ ৮ ॥
থৱাই হক্চাং ঐঙোন্দ হাপ্খ্রব, শিংদুনা ফম্মিন্নদুন।
ঐগী ৱারী শাদুন শক্তুন, তাদুন নুংঙাইনৈ মখোয়ন ॥ ৯ ॥
ঐবু নুংশিন তত্তন নীংব, মখোয়দ পী অশেংব জ্ঞান।
মাদুবু ফংলগ মখোয়ন, ফংঙি ঐবু য়াম্ন লায়ন ॥ ১০ ॥
পঙ্বদগী পোক্প থম্মোয় 'মম্ববু, অপঙ্বশিংদুবু নুংশিদুন ঐন।
মখোয়গী থম্মোয়দ লৈদুন ঐন, মাঙ্হল্লি জ্ঞানগী ঙাল্লব মৈরান ॥ ১১ ॥

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

অথোইব ব্রহ্মনি অথোইব থুংফম্নি, থোইন শেংলবা নহাক্নি।
অরেপ্পা পুরুষনি খ্বাইদগী অহান্বনি পোকপ নাইদব শিনথুংবনি ॥ ১২ ॥
হায়নরি নংবু অয়াম্ব ঋষিনা দেবর্ষি নারদ অসিত দেবলন।
ব্যাসনচিংব জ্ঞানীশিংন, হৌজিকসু তাকপিরি নশামক্ন ॥ ১৩ ॥
অচুম্বনি খঙ্জৈ তাকপা পূম্ব, ননাইগীদমক্ত কেশব নংনা।
লীলাগী মশক ওইব নশক, খঙ্ব ঙম্দে লাই হিংচাবনা ॥ ১৪ ॥
অচচ্চন্তবু পোকপিবা! জগৎ-মপূ অথোইবা!
নংতন নংবু খঙ্ডিদো, পঞ্চভূতবু লোইরিবা! ॥ ১৫ ॥
ঐশ্বর্য্য শক্তিশিংদুনা, জগত্ত শিনথুংন লৈরিবা!
অদুম্ব নংগী সম্পত্তিশিংবু, মখাক লৈতনা তাকপিয়ুগবা ॥ ১৬ ॥
নুমিৎচুপ্প খন্দুন নংবু, করম খঙ্গনি যোগী নংবু।
করম করম্ব মওংদ, তাকপিয়ু খনসিগে ননাইবু ॥ ১৭ ॥
নহাক্কী যোগবু শক্তিবু শন্দোক্ল তাকপিয়ু জনার্দ্দন।
জ্ঞান অমৃত থকপগী, পেন্ব লৈতে ননাইন ॥ ১৮ ॥

## শ্রীভগবানন হায় ঃ—

ফরে হায়গে কুরু অথোইব, বিভুতি মখৈ অথোইবা!
শম্ন হায়গে শন্দোক্লা হায়বগী বিভুতিগী ঐগী লৈতে অরোইবা ॥১৯॥
জীবশিংগী থম্মোয়দ লৈব, আত্মা হায়বদু ঐহাক্নি।
অচচ্চত্ত পূম্বগী অহৌব, ময়াই, অরোইব ঐহাক্নি ॥ ২০ ॥
অদিতি-মচাশিংদ বিষ্ণুনি ঐন, নুমিৎনি মঙাল লৈবগী মনুংদ।
নুমিৎকী মনুংদ মরীচি ঐনি, ঐনা থানি থবান্মিচাকশিংদ ॥ ২১ ॥
বেদগী মনুংদা সামবেদ, দেবগী মনুংদা ইন্দ্রনি ঐনা।
ইন্দ্রিয়গী মনুংদ পুক্নীংনি ঐনা, থবায় পান্ব 'নুংদ জ্ঞাননি ঐনা ॥২২॥
রুদ্রশিং মনুংদ শঙ্করনি ঐন, যক্ষ রক্ষশিংদ কুবের ঐনি।
বসু নিপাননুংদ মৈনি ঐন, চিংদোন নাইব চিংদ সুমেরুনি ॥ ২৩ ॥
পুরোহিতকী অথোইব বৃহস্পতিদু খঙঙু ঐনি।
সেনাপতি 'রক্ত কাত্তিক ঐনি, তূখোংগী নুংদা সমুদ্র ঐনি ॥ ২৪ ॥

মহর্ষিশিংদ ভৃগু ঐমি,
যজ্ঞগী মনুংদ যপযজ্ঞ ঐনি,
উশিংগী মনুংদ সনাখোংনাং ঐনি,
গন্ধর্ব্ব মরক্ত চিত্ররথনি,
সগোল্গী মনুংদ উচ্চৈঃশ্রবানি.
শামুগী মনুংদ ঐরাবতনি,
খুৎলাইগী মনুংদ বজ্রনি ঐন,
জীবপোক্হনব কামনি ঐন,
নাগ বংশদ অনন্ত ঐনি,
পিতৃলোকত অর্যমা ঐনি,
দৈত্য শাগৈদ প্রহ্লাদ ঐনি,
শা'গী মনুংদ নোংশানি ঐন,
শেংদোক্পিব 'নুংদ নুংশিৎনি,
ঙাগী মনুংদ কুম্ভীরনি ঐন,
সৃষ্টি পূম্বগী অহোব লোইব.
বিদ্যা 'রক্ত ব্রহ্মবিদ্যা.
ময়েকী মরক্ত 'অ' কার ঐনি,
অমাঙ্ব লৈতব মতমসু ঐনি,
পূম্নমক্ মাঙ্হন্ব শিবসু ঐনি,
নুপীগী মিংচৎ ফজবা রাহৈ,
ঈশৈগী মনুংদ সামনি ঐন,
থাগী মনুংদ চিয়াঙ্গৈ ঐনি,
ছল তৌবশিংগী মনুংদ ঐন
তেজ লৈবগী তেজনি অরেপ্প,
বৃষ্ণি শাগৈদ বাসুদেবনি,
মুনিগী মনুংদ ব্যাসনি ঐন,
দণ্ড পীবশিংগী দণ্ডনি ঐন,
অথুপ্পগী মনুংদ "তুমিন্ লৈব"

ময়েক্ মুংদ ওঁকার ঐনি।
লেঙদ্রব-মুংদ হিমালয় ঐনি ॥ ২৫ ॥
দেবর্ষিশিংদ নারদনি।
সিদ্ধশিংদ কপিল ঐনি ॥ ২৬ ॥
অমৃতদগী থোক্খিবদুনি।
মীগী মনুংদ ঐন নিংথৌনি ॥ ২৭ ॥
শন্নীশিংদ কামধেনুনি।
লিল্গী মনুংদ বাসুকীনি ॥ ২৮ ॥
ঈশিংদ লৈবশিংদ বরুণনি।
রারক্পশিংগী 'নুংদ যমরাজনি ॥ ২৯ ॥
লৌশিন্ব হৈব'নুংদ মতম্ ঐনি।
উচেক্কী মনুংদ গরুড়নি ॥ ৩০ ॥
খুৎলাই পায়বদ রামদু ঐনি।
তুরেল্ মরক্ত গঙ্গানি ঐনা ॥ ৩১ ॥
খংউ অর্জ্জুন! মরক্সু ঐনি।
য়েৎনবগী কক্নব রাভাং ঐনি ॥ ৩২ ॥
সমাস মরক্ত দ্বন্দ্ব ঐনি।
জগৎপু য়োক্প অচোবনি ॥ ৩৩ ॥
ওইরক্কদবশিংগী থৌফম ঐনি।
কাওগন্দব, লৌশিং হন্থবা তপ্পনি ॥৩৪॥
ছন্দগী মনুংদা গায়ত্রী ঐনি।
ঋতুগী মনুংদ বসন্ত ঐনি ॥ ৩৫ ॥
মীনম্বা, শান্নব, ঙম্বসু ঐনি।
সত্ত্বগুণ চেন্বগী সত্ত্বনি ॥ ৩৬ ॥
পাণ্ডবকী মরক্ত ধনঞ্জয় ঐনি ॥ ৩৭ ॥
কবি মরক্ত শুক্রাচার্য্যনি ॥ ৩৮ ॥
জয় তৌনিংবশিংগী রাজনীতিনি।
জ্ঞানীগী জ্ঞানসু ঐগনি ॥ ৩৯ ॥

অচঞ্চত্ত পূম্বগী মরুদি ঐনি, ঐঙোন্দগী পোক্খিব মক্তনি।
"ঐ" য়াওদব পোৎশক্ অমত্ত, তাইবংদ অর্জ্জুন লৈতবনি ॥ ৪০ ॥
গীরম্লেনগী ওইদব, ঐশ্বর্য্যশিংগী অয়োইব লৈতবনি ঐহাক্কী।
শম্ন হায়বনি বিভূতিশিংবু মমিংত ওইননব নফম্দ নহাক্কী ॥ ৪১ ॥
ঐশ্বর্য্যশক্তি লৈম্নিবমখৈ, নিংখিব শক্তি তিল্লিব পূম্ন।
খাদুম্ অদুম্ব পোৎশক্ মখৈ, ঐগী অংশদগী থোক্ই অপূম্বা ॥ ৪২ ॥
মযাম্ অসিবু লোইন খঙ্বন, ধনঞ্জয় করি কান্ননি।
জগৎপূম্ববু পুদুন ঐন, শরুক্ অমত্তনা ঐনা লৈবনি ॥ ৪৩ ॥

মসিদ শ্লোক্-লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্ম পর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরবা শ্রীমদ্ভগবত গীতা উপনিষত্তা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ধর্ম্ম সম্বাদদা "বিভূতি যোগ" কৌবা "তরাশুবা অধ্যায়" লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

---

# তরামাথোইশুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

ননাইবু চাম্বিদুন তাক্পীরে, থোইন থুপ্প আত্মাগী জ্ঞানবু।
তাক্পীব নংন ৱাহৈন, কোক্হন্মিরে ঐগী শুম্মাৎপবু ॥ ১ ॥
অচচ্চত্তগী হৌরক্প লোইব, তাজরে নভোন্দগী ননাইন পূম্বা।
মাঙ্ব লৈত্রব নহাক্কী নগুণসু, তাজরে থম্বাল্‌লৈনাগুম্ মিৎশ্না ওইবা ॥২
তাজরে নগুণ অচৌব, থাজরে তাক্পীব অচুম্বনি।
উজগে নশক্ অঙকপ শক্তিন তিন্‌বদো নিংজবসিদনি ॥ ৩ ॥
ননাইন য়েংব ঙম্গনি, থন্‌বিরবদি জগৎকী মপু!
মাঙ্ব লৈত্রব নশক্তো, উহনবিয়ু যোগগী মপু! ॥ ৪ ॥

## শ্রীভগবানন্ন হায়ঃ—

চাম চাম, লিশিং লিশিং, থোক্প ঈশক্ য়েংঙুদো।
মথল্ মথল্ মীরম্‌লেন্‌গী, ওইদব মচু মওংন তিন্‌বদো ॥ ৫ ॥
আদিত্য তরানিথোই বসু, নিপাল্ রুদ্রশিং মুংশিৎমখৈদো।
মমাঙ্দ অমুক্ত উখিদ্রিব, অঙকপ ঈশক্‌শিং য়েংঙুদো ॥ ৬ ॥
মফম্ 'মদা লেঙ্দন লৈদুন, অচচ্চত্ত জগৎ পূম্বসু।
ঙসি য়েংহৌরো হক্‌চাংদ ঐগী, অতৈ য়েংনিংব মখৈসু ॥ ৭ ॥
চুম্নগী মিৎন য়েংব ঙম্মোই, ঐবু থঙঙু ধনঞ্জয়!
তাইবংগী নত্তব মিৎপু পীগে, য়োগ শক্তিন য়েংঙু অতৈন উরোই ॥৮॥

## সঞ্জয়ন হায়ঃ—

হে ৱাজন্! অসুম্ হায়না, যোগগী মপু হরিনা।
উৎখি আর্জ্জুনগী মফম্‌দ, ঙকপ মশক্‌পু থোইদোক্লা ॥ ৯ ॥
মশীঙ্ লাকঙম্‌দব মাইথোং মিৎনি, থোইন ঙক্প শকফম্নি।
তাইবংদ লৈতব য়াম্লবা ফীজোম্নি অঙকপ খুৎলাই মথল্ মথম্নি ॥ ১০ ॥

তাইবংগী নত্তব নিংথিব মালা, ফিজোন্ নিংথিব মনম্ন তিন্ব।
থোইন ঙকৃপ ঙম্খৈ নাইদব, শকৃফম্নি মায়কৈ 'পূম্ব ওন্ব ॥ ১১ ॥
অতিয়াদ ন্নুমিৎ লিশিংন, অমুক্ত ওইন থোল্লব।
অদুতদ য়াগনি মঙালত্তন, বিশ্বরূপ মাগী প্রমাণ ওইব ॥ ১২ ॥
তোঙাল্-তোঙাল্বা মথল্, খায়রবা জগৎ 'পূম্ব মথন্তনা।
মফম্ অমতদ লৈত্তন উখি, কৃষ্ণগী হকচাংদ আর্জ্জুনন ॥ ১৩ ॥
ঙক্লব-হরাও-তুজ্ংলব, মতম অদুদা ধনঞ্জয়না।
মকোক্ নোম্ন খুরুম্জুনা, হায়রকই মথুৎ লোন্ননা ॥ ১৪ ॥

## অর্জ্জুন্ন হায়ঃ—

উজরে লাইয়াম্ অপূম্ব, নংগী হকচাংদ ঙক্লবা!
অয়াম্ব ভূতকী মপৈস্তু, থম্বাল্গী আসনদ ফম্লিবা।
ব্রহ্মা মহাদেবস্তু, ঋষি ময়াম্ মুনিনচিংব।
ফজব লংলব লীল্গী মথল্, মথল্ উজরে চাউরবা ॥ ১৫ ॥
মশীঙ্ লাক্ঙম্দব পাম্বোম্, পুক্কী পরেংস্তু উজরে।
ঙম্খৈ লৈতব মওং পুবা, নংবু মফম্ পূম্বদ উজরে।
অরোইব লৈতব মরক্ লৈতব, অহৌব লৈতব নহাকপু।
উজরি জগৎনা শকফম্ ওইব, নহাক্কী হকচাংদ জগৎ মপু ॥ ১৬ ॥
লুহূপ্ন লৈতেংব গদা পায়ব, চক্রবু য়েংন পায়রিব।
মঙাল্গী মপৈ ওইরব, শাম্নব ন্নুমিৎকুম্ চাক্লিবা।
নহাক্পু উরি মায়কৈ 'পূম্ব, য়েংঙম্দবা নশক্ ওইরব ॥ ১৭ ॥
অমাং অতা লৈতব, খঙ্ফম্ থোক্ফম্ নহাক্কি।
জগৎ পূম্বগী তুংনফম্, নহাক্তন ওইরিবনি।
নংদি হোংব লৈতবনি, অরেপ্প ধর্ম্মগী অঙাক্পনি।
হৌফম্ লৈত্রব কুইরবনি খঙ্জৈ, নহাক্তন জগত্ত অরেপ্পনি ॥ ১৮ ॥
অহৌব মরক্ অরোইবা লৈতব, ঙম্খৈ লৈতব শক্তি পুবা।
মশীঙ্ নাইদব পাম্বোম্ পাম্ব, ন্নুমিৎ থাগুম্বা মিৎন থন্বা।
চাক্লব মৈরিন হৌরব চিম্বান্ন, থল্লবা মাইথোংন ভিল্লিবা।
ন্নুশেক্ল জগৎপু চাক্থেক্লিব, নহাকপু উজরে উঙম্দরা ॥ ১৯ ॥

স্বর্গ-মর্ত্ত্যগী মরক্ত থন্ন, নথস্তুন মায়কৈ তন্না কৃপ্লি।
উরগ অঙকৃপ অকিব নশকৃপূ মরোল্ অহুম্ন কিবন নীক্লি॥ ২০ ॥
নঙোন্দ চঙ্লি লাইগী মপে কনান কিদুন খুৎলোম্নন হায়জে।
সিদ্ধ মহর্ষিশিংন স্বস্তি হায়ন, নিংথিবা স্তুতিবু তৌজে॥ ২১ ॥
রুদ্র-আদিত্য-বসুনিপাল, সিদ্ধ সাধ্য অপুম্বনা।
বিশ্বেদেব অশ্বনীকুমার, মুংশিৎ ময়াম্ পিতৃবর্গনা॥
গন্ধর্ব্ব-যক্ষ হিংচাবশিংন, সিদ্ধ ওইবগী মপেনা।
অঙকৃপ ফংন মপে মপে, নংবু য়েংলি মিৎকুপ্তনা॥ ২২ ॥
মায়থোং পাম্বোম্ ফৈগল পরেং, খোংগী মিৎকী মপেন তিনবা।
পুক্কী মপে অকিব য়ান, থনব নংগী মূর্ত্তি অচৌবা।
উরগ মরোল্ অহুম্গী মীনা থোইন ব্বারি, ননাইস্থ য়াওন॥ ২৩ ॥
আকাশ খেৎন ব্বাংলব, লংলব মচু খিবিক্ল তিল্লবা।
কাথোকৃপ য়ান লংলব, লাওরব মিৎন থল্লবা॥
নহাকৃপু উরগ, থম্মোয়দ ব্বাবনা।
তপ্থফম্ খঙ্দ্রে, কৃষ্ণ! ননাইনা॥ ২৪ ॥
য়াতন অকিব ফংলব, প্রলয়গী মৈগুম্ চারুব।
চীন্গী পরেংবু উরগ ঙম্দে, মাইকৈ শলাই খঙ্জবা॥
ঙম্খৈ লৈতব মূর্ত্তিসি উবদ, ফংদে জনার্দ্দিন মুঙাইবা।
ঙাকৃপীয়ু চান্বিয়ু তোল্লব ননাইবু জগৎকী তৃংনফম্ ওইবা॥ ২৫ ॥
ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংন, নিংথৌশিংগ লোয়ননা।
ভীষ্ম-দ্রোণ-কর্ণনচিংব, ঐখোয়গীসু লান্দ হৈবশিংনা॥ ২৬ ॥
অকিব য়ান, থল্লব য়ামুংদ থুন-য়াংন চোংশিল্লি অয়াম্বনা।
কনান য়ারক্ত নপুন লৈহৌরি, কোক্ক লোয়নন, কৃপ্ন শায়খ্রবা॥ ২৭ ॥
তুরেল্গী ঈচেম্ন, ইরৈবু কম্ন, ঈপাকৃপু তম্ন চেন্সিন্নগুম্না।
কল্লব গৌরব মীয়াম্ অসিনা চঙ্লি চারুব য়ামুংদ লোইনা॥ ২৮ ॥
চারুব মৈন্নীদ মৈরাম্বশিংন, শিজগে হায়দুন চোংশিন্বগুম্ কম্ন।
মৈন্নীন থল্লব লৈন লেকশিল্লি, মীয়াম্সু মাইকৈ কোয়বদগী য়োৎলি॥২৯॥
জগৎ পুম্ব নহাক্ল কৃপ্লি, কল্লব নশেক্ল জগৎপু চাকৃথেক্লি।

কনানো তাকৃপিয়ু নহাকপু অওইব, খুরুমজরি চাম্বিয়ু অকিব শক-ওইবা ॥৩০॥
নংবু খঙ্নিঙি জগৎকী অহান্বা খঙ্জদে করিগী নংন জগৎত লাক্লিবা।.৩১॥

শ্রীভগবানন্ হায় ঃ—

মরোল্ পুম্ববু মাঙ্হন্ব, অচৌব "কাল" হায়বদু ঐনি।
মরোল্ পুম্ববু মাঙ্হনগে, হায়দুন জগত্ত লাকপনি।
য়েক্লব মাইকৈদ লৈরিব অকম্ব লান্মী ময়াম্সিনি।
নহাক্ য়াওদ্রবসু মখোয়্সি কনাসু'সিদ লৈরোইদবনি ॥ ৩২ ॥
অদুন হোৎগৎলো, মিংচৎ ফংহৌরো!
ভমদুন য়েক্লবশিংসিবু, চাউখৎপ লৈপাক্ ফংহৌরো।
মখোয়বুদি ঐন নহান্ন, হাৎলবনি খঙ্হৌরো।
খুৎলাইগী মশক্ত মওইয়ু, খুৎলাই তৈব! লাল্ তৌহৌরো ॥ ৩৩ ॥
দ্রোণাচার্য্য ভীষ্মদেব, খোইন কনবা জয়দ্রথবু।
কর্ণবুসু অতৈ পুম্ব, ফজ্রব লান্মী মখৈবু।
হাৎলু য়াম্ন ধনঞ্জয়, ঐন হাৎলব ময়াম্সিবু।
শোক্লো ভমগনি শোয়দন, নংন লান্দ য়েক্লবশিংবু ॥ ৩৪ ॥

সঞ্জয়ন হায় ঃ—

কৃষ্ণগী য়াসি তাবদা, নীক্তুন, খুৎপু লোম্নদুনা।
খুরুমদুনা হন্না অর্জ্জুনন, হায় য়াহৈ মচেৎ মচেৎনা ॥ ৩৫ ॥

অর্জ্জুনন হায় ঃ—

নংগী নগুণ শক্লগ জগৎনা, হরাও নুংঙাইজবসে।
পামজরসু মতিক্ চাই, ইন্দ্রিয়গী মপু! নহাক্সে।
হিংগাবন কিদুন নহাকপু, মাইকৈ পুম্বদ চেন্দুন খাঙ্লি।
সিদ্ধ য়োগীশিংনদি নংবু, মকোক্ নোম্ন খুরুমজরি ॥ ৩৬ ॥
করিগী খুরুম্মোই মখোয়ন, অথোইব মহাত্মা নহাকপু।
থ্বাইদগী চাউব ব্রহ্মামক্কী, অহান্ব পোক্পীবা নহাকপু।

অৱোইব লৈতব দেবগী দেব!
অমাঙব লৈতব মহাক্নি,
দেবতাশিংগী অহান্বদেব,
জগৎকী অথোইব তুংনফম,
অখঙ্বব খঙ্গদবস্তু মহাক্নি,
অৱোইব লৈতব অঙকপও!
নুংশিং মহাক্নি যমরাজ নংনি,
ব্রহ্মাস্ত ব্রহ্মাগী অপোক্পা নংনি,
লিশিং লিশিংলক, হন্নবু,
খুরুম্জে নংবু,
মাংলোম্দ তুংদা অকোয়বদ,
ঙম্বৈ লৈতব শক্তিবু পুবা।
জগৎ পূম্বগী মশক্নি নংদি,
অদুন মাইকৈ মফম্ পূম্ব,
মহাক্কী মগুণবু খঙ্জদবন,
মরূপ্নি মীচম্নি খঙ্গদুনা,
শান্নব তুম্বা ফম্ব চাবদ,
মথস্ত ঙাইরিবৈ ময়ামগী মাঙদ,
ইকায়ব শাওবন থম্মোয় লেঙদ্রব,
মনাইন লঙ্জব দোষ অপূম্ব,
অচচ্চত্তগী মপানি নংন,
জগৎত নংগ মান্নব লৈতে,
মৱোল্ অহুম্মক্তদা,
জগৎ পূম্ব মঙ্ন ওইৱবসিদ,
ঐগী হক্চাং মপুম্সি,
জগৎকী লাৎনফম্ মঙোন্দ,
মপান মচাগী মরূপ্ন মরূপ্কী,
অৱান্ববু য়েংনদবগুম্ন,

জগৎকী তুংনফম্ ওইরিবা।
অৱৈব লৈতবদগী তোঙান্বা ॥ ৩৭ ॥
খ্বাইদগী কুইৱব পুরুষ নংনি।
মহাক্তন লেংদব ওইবনি।
অথোইবা থুংফমস্তু মহাক্নি।
নংন শন্দোক্প জগৎনি ॥ ৩৮ ॥
মৈস্তু বরুণস্ত থাস্তু মহাক্নি।
জগৎপু পোকপগী 'পোকপনি
খুরুম্জে মনাইনা নংবু।
অমুকস্ত হন্ন হন্নবু ॥ ৩৯ ॥
খুরুমজরি মহাক্পু।
খঙ্জরে পান্দম্ লৈতব মতিক্পু'।
মফম্ পূম্ব কুপ্তুনা লৈরি।
ওন্দুন নংবু খুরুমজরি ॥ ৪০ ॥
নুংশিজবন 'দুগা ঙাওবনা।
কৃষ্ণ যাদব হায়ন কৌরুরে তোয়না ॥৪১॥
নোকমিন্নবদ দোষ লঙ্জরুরে।
ইকায়ব চোপ্প নংহঞ্জরুরে।
খন্নফম্ লৈত্রব নংবু মনাইন।
ঙাক্পীয়ু ঙাক্পীহৈব মগুণনা ॥৪২॥
অথোইব গুরু নিংনফম্ মহাক্নি।
অতৈন করম্ম মঙোন্দগী হেন্নি।
পান্দম্নিংঙাই লৈত্রবও!
কনান নংগা পান্দমগনিদো ॥ ৪৩ ॥
খুরুম্জদুন চরন্দ থম্দুনা।
হায়জরি মনাইনা চঙ্দুনা।
চান্নবীগীস্ত চান্নবনা।
মনাইগী অরান্ব মপু ঙাক্পীয়ু নংন ॥৪৪॥

উথোক্তব অঙকপা শকফমদু, উবদ থোইন মুংঙাইজরে।
অহুবু কিবন পুক্লিংদ, থোইদোক্না ৱাবা ফংজরে!
মফম্ পুম্বদ ঙাল্লিব ঈশ্বর! উৎপিরো নিংথিব নশক্তো।
চাম্বিয়ু দেবগী দেবও! জগৎ পুম্বগী তুংনফম্ ও! ॥ ৪৫ ॥
শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম থোম্ব, নিংথিব লুগুপ্ন লৈতেংবা!
অহুম্ব মূর্তি পুব নংবু, উজগে নিংজৈ থৌজাল হৈবা!
পাথোম্ মরি পানব শক্ল, ঙান্বিয়ু 'মুক্ত নমাইগী মাঙদ।
পাম্বোম্ লিশিং পাম্বও, জগৎন নশক্ ওইব অসিদ ॥ ৪৬ ॥

## শ্রীভগবান্‌ন হায়ঃ—

মুংশিদুন নঙোন্দ ঈশক্‌সি, উৎলবনি যোগ শক্তিনা।
জগৎপু কুপ্লব মঙাম্ন থল্লব, হৌব লোইব লৈতব ঐনা।
নহাক্ নত্তন অতৈ কনান, মমাংগৈদা 'মুক্ত উনখিদ্রিব।
উৎলবনি শক্‌ফম্ অসি নঙোন্দ, যোগগী পাম্বেদন উগদব ॥ ৪৭ ॥
বেদ তম্বন যজ্ঞন, দান তৌবন করিগুম্বন।
কর্ম্ম তৌবন অকন্ব তপনা 'সিগুম্ব রূপপু ফংদে পঙন।
তাইবং মপোক্ অসিদ, ঐবুসিগুম্ব শক্‌ফম্ ওইবা।
নহাক্ নত্তন অতৈ অমন, উখিদ্রি কুরুগী অথোইবা ॥ ৪৮ ॥
অকিব তম্‌থিব 'সিগুম্ব-শক্‌পু পঙথগনু ৱাগনু উৱগ নংন।
নিংথিব ঈশক্ অমুক্ য়েংলো, অকিব লৈতন নথ্বাই মুংঙাইন ॥ ৪৯ ॥
অসুম্ হায়ন বাস্থদেবন, অর্জ্জুনদ লনাইগী শক্‌ফম্ উহনখি।
পুক্‌চেল চাউরব কৃষ্ণন, নিংথিব মূর্ত্তিন কিরব অর্জ্জুনবু থম্‌জিনখি ॥৫০॥

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

নংগী মীগী নিংথিব ঈংলব জনার্দ্দিন নশক্ উজরে।
হৌজিক্তি চনীঙ তাজরে, হাম্লগী মওংদ হল্লিঙ্গরে ॥ ৫১ ॥

## শ্রীভগবানন হায়ঃ—

উঙমদ্রব চতুর্ভূজ ওইব, ঈশক্ অসে উৱেদো নংনা।
স্বর্গগী লাইয়াম্ ফাওবনা উনিংহুনা লৈৱিসিবু তত্তনা ॥ ৫২ ॥

নংন উন্নিব শকৃফমসে,　　বেদন তপন দানন যজ্ঞনা।
অকন্ন তপস্যা তৌদুনস্নু,　　কনাস্নু উদ্রি উবগুম নংনা ॥ ৫৩ ॥
লেঙ্দব ভক্তিগী পান্মৈতনা,　　অর্জ্জুন! 'সিগুম্ব ঐবু ফংঙি।
খঙ্ব ঙম্মি উব ঙম্মি,　　হায়ন্নিব তত্বনা ঐঙোন্দ চঙ্ঙি ॥ ৫৪ ॥
থবক্ পুম্ব ঐগীদমক ওইন,　　তৌব, ঐবু মুংশিবনা।
য়েক্লব লৈতব জীব পুম্বদ,　　ঐবু ফংঙি মহৈ পামদ্দবনা ॥ ৫৫ ॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যসদেবন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্মপর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ধর্ম্ম সম্বাদদা "বিশ্বরূপ দর্শন" কৌবা তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ॥

---

# তরানিথোইশুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন হায়ঃ—

অস্তুম্ন নশক্ নাইব নংবু  তত্তন খন্দুন নিংজবশিংদুগা ।
কনান হেন্নগে নশক্ নাইদব,  অমাঙ্'তা লৈতব লাচ্চবশিংদুগা ॥ ১ ॥

## শ্রীভগবানন্ হায়ঃ—

ঐঙোন্দ পুক্নীংবু থিংজিন্দুনা,  থোইন থাজবন ঐবু নীঙ্ব ।
তত্তন পুক্নীং লোঙ্দন নীঙ্ব,  ঐঙোন্দদি মখোয়দনি অগোইব ॥ ২ ॥
মাংদ্রব মশক্ নাইদ্রব লেংদ্রব,  খন্নফম্ গোক্লব শিনথুংন লৈব ।
অমত ওইব মশক্ হোংদ্রব,  ফোংদব মাবু নীঙ্জরিব ॥ ৩ ॥
লম্‌চেনব ইন্দ্রিয়বু খাম্‌জিন্দুন,  চিরম্ পূম্বদ অমতনি খন্না ।
অচচ্চত্ত পূম্বগী কান্নবত খম্বা  ঐবু ফংঙি মখোয়ন নীঙ্জবা ॥ ৪ ॥
মশক্ নাইদব নীঙ্জবশিংদুগী,  ৱাবন 'তৈদগী থোইন তেল্লি ।
মশক্ নাইদব লম্‌থুংফম্বু,  তাইবংন য়াম্ন ৱান ফংগল্লি ॥ ৫ ॥
তৌরিব থবক্ পূম্ববু,  ঐঙোন্দ লোইন ইন্থোরক্লুন ।
মরী তত্রব হোংদ্রব যোগন,  নীঙ্জব ঐবু থবক্ তৌন ॥ ৬ ॥
মখোয়দুগী ঐনা ঐঙোন্দ,  থম্মোয়সু লেঙ্দন হাপ্‌খ্রবশিংদুগী ।
থীন্দন লাম্বিব মীশক্ ওই  লানঙমদ্রে তাইবং ঈপাক্তুগী ॥ ৭ ॥
ঐঙোন্দ পুক্নীঙ্ থিংজিল্লু,  ঐঙোন্দ ৱাখল্ হাপ্‌চিল্লু ।
অদুগী তুংদা ঐঙোন্দ লৈগনি,  মাসিদা করিসু চিংনব তৌনু ॥ ৮ ॥
ঐঙোন্দ থম্মোয়বু লেঙ্দন থম্ব,  ঙমদ্রেবদি অর্জ্জুন অমসু খঙ্ঙু ।
তত্তন কম্ন নোম্ব কোব,  যোগন ঐহাক্‌পু ফংগে নীঙ্ঙু ॥ ৯ ॥
তত্তন নোম্ব ঙমদ্রেবসু,  ঐগী থবক্ত পুক্নীঙ্দি চংঙু ।
ঐগীদমক্ত থবক্‌পু তৌবনা,  মপোক্নী মহৈ য়াম্বনি খঙ্ঙু ॥ ১০ ॥
অসিমক্‌পু ঙমদ্রেবসু,  ঐঙোন্দ তিন্নব যোগদ চংদুনা ।
তোৌরু তৌরুব থবক্নী মহৈ,  থাদোকপ তম্মু পুক্নীঙ্ লোংদনা ॥ ১১ ॥

হোৎনবদগী হেম্বনি লৌশিংনা, খন্থবন জ্ঞানদগী অমুক হেল্লি ।
ৱাখল্দগী মহৈ থাবন হেল্লি, মহৈ থাব ৱাখন্ন শান্তি ফংহল্লি ॥ ১২ ॥
জীব পুম্বদা য়েংথীদব, খ্বাইগী মরূপ্ খৌজাল্হৈবা।
"ঐগী" নাইদব নাপল্ তৌদব, অৱা নুংঙাই খায়দব ঙাক্পীহৈবা ॥ ১৩ ॥
পেনগন্ব তত্তন ৱাখল্দ লূপ্প, ৱাশক্ চেৎপ মশাবু ঙম্ব।
পুক্নীং ৱাখল ঐঙোন্দ থম্থ্রব, মাদন ঐগী চান্নব ভক্তিনি চান্নব ॥১৪॥
মতাক্থক্তগী কনাস্থ খোয়ৱাংদব, মানস্থ অমদগী খোয়ৱাংদবা।
নুংঙাই কল্লক্ অকি লাংতক্নব, লৈতব মান ঐগীনি চান্নবা ॥ ১৫ ॥
অমতদ খোইন পাম্মুদব, অশেংব শিংব মিচং চংদব।
ৱাগন্দব "ঐন তৌবনি" খন্দব মাদন ঐগী ভক্তনি চান্নব ॥ ১৬ ॥
নুঙাইবন মথোই কাগন্দবা কল্লক্ য়েংথিব নিঙম্গৌদব লৈতব।
পাম্জব অফ ফত্ত মহৈগী, খন্দব ভক্তন ঐগীনি চান্নবা ॥ ১৭ ॥
য়েক্নবদ মরূপ্ত চোপ্প লেম্বদ, অইং অশা অৱা নুঙাইদ ।
পুক্চেল্ চোংদন 'মত ওইন লৈব, পাম্শিল্লুদব থবক্কী মহৈদ ॥ ১৮ ॥
থাগৎপ চৈবদ অমতনি খন্বা, অফংবদুতনা খোইন পেঞ্জবা।
'ঐগী মাগী' খায়দব ৱাখল্, লেপ্লব ভক্তন ঐগীনি চান্নবা ॥ ১৯ ॥
হায়রিব অমৃতগুম্ থুম্ব, ধর্ম্মসি চত্তুনা কর্ম্ম তৌব।
ঐবুদ খন্ব ঐবু থাজব ভক্তন, খোইন চান্নবনি ঐগী ॥ ২০ ॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যসদেবন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ; ভীষ্মপর্ব্বদ; ব্রহ্মবিদ্যা যোগশাস্ত্র ওইৱব, শ্রীমদ্ভগবদগীতা মহোপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ধর্ম্ম-সম্বাদদ "ভক্তিযোগ" কৌব তৱানিথোইশুব অধ্যায় লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# তরাহুমদোইশুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন হায় ঃ—

প্রকৃতি পুরুষ হায়রিব, ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ হায়রিবসে।
কাম করিনো খঙ্জনীঙ্ই, জ্ঞান জ্ঞেয়সু তাক্পিয় মাসে ॥ ১ ॥

## শ্রীভগবানন হায় ঃ—

উরিব হক্চাংসিবু ধনঞ্জয়! ক্ষেত্র হায়ন, অশিংবন খঙ্নৈ।
মাসিবু মুন্ন খঙ্ব মীবু, মাসিবু খঙ্বন ক্ষেত্রজ্ঞ কৌনৈ ॥ ২ ॥
"ক্ষেত্রজ্ঞ" হায়বসি এবুনি খঙ্ঙু, ক্ষেত্র পুম্বদ অর্জ্জুন লৈবনি।
অনীসিগী জ্ঞান অহুতবু, জ্ঞাননি হায়বসি এগী মতনি ॥ ৩ ॥
করিদগী মশক্ হোংলিব, ক্ষেত্রন অসুম্ করিগী ওইব।
ক্ষেত্রজ্ঞগী ওইরিব শক্তি পুম্ব, হায়গে শম্না অসি পুম্বা ॥ ৪ ॥
বেদ মন্ত্রন ঋষিশিংন, তোঙাল্ তোঙান্ন শক্থরব হকচাংনি।
লেপ্পব ব্রহ্ম সূত্র পুম্বন, প্রমাণ চান লেপথরব হক্চাংনি ॥ ৫ ॥
হক্চাংগী মচাক্ মঙা এগী, রাখল্ বুদ্ধি উদব মায়া।
ইন্দ্রি তরা ইন্দ্রিন লৌব, মনম মহাওনচিংব মঙা ॥ ৬ ॥
নীঙ্জব য়েংথিব অরা মুঙাই, উরিব হকচাং হিঙ্গৎপ তপ্থবা।
মশক্ হোংব ক্ষেত্রসিবু, শম্ন নঙোন্দ হায়রে অকনব ॥ ৭ ॥
নাপল্ তৌদব থোয়দব হিংসা, তৌদব ঙাক্পীহৈব চুম্ব।
গুরুগী সেবা শেংন লৈবা, চাদব মশাবু মখা পোল্হন্ব ॥ ৮ ॥
ইন্দ্রিয়গী বিষয়দা হৈনিংদবা "এগী" রাখল লৈহন্দবা।
পোক্পা শিবা অহল্ ওইব, লাইথুং রাব দোষপু খনবা ॥ ৯ ॥
মুপী অঙাং ইংখোল য়ুমদ, থোইন পামদব এগীনি খন্দব।
মপাম পাম্দ ফংব কান্দ, থম্মোয়বু তত্তন লেংদন থম্বা ॥ ১০ ॥
অবোপ্প অমদ খল্লুহন, এঙোন্দ লেংদব ভক্তিবু থম্ব।
অপিকৃপ অশেংবদ লৈগম্ব, ভক্তি লৈতব মীশক্ তিন্দবা ॥ ১১ ॥

অতোপ্পা অমদ খল্লুদুন,
অচীকৃপ অশেংবদ লৈগন্ন,
আত্মাগী ৱাখল্ল লেপ্লবা,
মাসি পূম্নবু জ্ঞান কৌবনি,
খঙ্ফম্ থোকৃপ মাবু খঙ্লগা,
ব্রহ্ম মাদি অগৌব লৈতে,
মাইকৈপূম্নদ মাগী খোংখুৎমক্তনি,
জগৎ পূম্নদ মাগী নাকোংমক্তনি,
ইন্দ্রিয়পূম্ন য়াওদব ইন্দ্রিয়গী,
অপাম্ন য়াওদন জগৎ পুন্নিব,
অচচ্চত্তগী মন্নুং মপান্দ,
পীকৃমনখিবন, খঙঙম্দবনি,
অচচ্চত্তবু খায়দোক্তন,
অচচ্চত্তবু পুথোকৃপ পুবা,
মঙালগী মঙান্নি ব্রহ্ম মাদি,
জ্ঞানতন ফংব খঙ্গনব ওইব,
খঙ্ফম্ থোকৃপ মাসু ক্ষেত্র,
অসিবু খঙ্লগ ঐগী ভক্তনা,
জীব মায়া অনীসিদি,
মনম্নচিংব গুণ খিবিকসু,
থবক্ক থুংলাইগ থোকৃচনবসু,
থবক্কী মতৈ অৱা মুঙাইবু,
মায়াদ লৈদুন জীব অসিন,
গুণগ তিন্নবন জীবগী,
পূম্নমক্ উবা লোইন য়াবিব,
নায়াগী হকৃচাংদ মায়াদ লৈতন,
মহাকৃপু মহাক্কী গুণগ লোয়নব,
হীরম্পূম্নদ লৈরবসু মাদি,

ঐঙোন্দ লেঙ্দব ভক্তিবু থম্ন।
ভক্তি লৈতব মীন্নক্ তিন্দব ॥ ১১ ॥
মফম্ পূম্ন মাবু উন্নব জ্ঞানন।
অজ্ঞানমক্তনি মাসি নত্তবন ॥ ১২ ॥
অশিব তাইবংদ শিদব ফংব।
লৈ-লৈতে হায়ব লৈতে করুব ॥ ১৩ ॥
মফম্পূম্ন মিৎ কোকৃচিম্নক্তনি।
জগৎসি মহাক্তন শীন্থুংবনি ॥ ১৪ ॥
তত্ত্ব লোইন খঙ্লিব।
গুণবু য়াওদন গুণবু লৌন্নিব ॥১৫॥
অচচ্চত্ত ওইন লৈন্নিব মানি।
অন্নাপ্প-নকৃপদ লৈন্নিব মানি ॥১৬॥
তোঙাল্-তোঙান্ন লৈবগুম্ উনি।
লৌশিন্ন মীদো খঙ্গদবসু মানি ॥১৭॥
অমম্ন মায়াদগী তোঙান্ননি।
থম্মোয়দ লৈব জ্ঞানসু মানি ॥১৮॥
জ্ঞানসু শম্ন হায়খন্নে ধনঞ্জয়।
ঐগী মওংবু ফংব শোয়রোই ॥১৯॥
খঙ্ঙু হৌফম্ লৈতবনি।
মশক্ ওম্নসু মায়াদগী থোকৃপনি ॥২০॥
মন্নম্ ওইব মাবু প্রকৃতি কৌই।
ফংলিব মাবু পুরুষ কৌই ॥২১॥
মায়াদগী পোকৃপ বিষয়বু চান্নি।
অফ-ফত্ত মপোক্কী মন্নম্নি হায়ন্নি ॥২২॥
ঙাক্লিব চান্নিব খ্বাইগী মপুনি।
লৈব মাদো অথোইব আত্মানি ॥ ২৩ ॥
কর্ম্ম তৌন্নিব মায়াবু খঙ্ন।
তাইবংগী মায়াদা লাক্তন্নে হম্ন ॥২৪॥

মহাকপু কনান মাথম মশাদ, উরি কনাদ মশাবু মশানা।
কনাৰ জ্ঞানগী পাম্বেন মহাকপু, উরি কনান কর্ম্মগী পাম্বেনা ॥২৫॥
মাসিবু মশান খঙ্দবশিংনা, অখঙ্বদগী তাৱগ মহাকপু।
মীঙলিবশিংসু তাজবশিংসু, লান্ব ঙম্মি পোকপ শিববু ॥২৬॥
অচচ্চত্ত উরিব পূম্ব, হেক্ পোক্লিব শিব নাইব।
জীবগ মায়াগ তিন্নবদগী, পোক্পনি খঙ্ভু কুরু অথোইব ॥২৭॥
অচচ্চত্তদ চপ্ মান্নন, লৈরিব অথোইব ঈশ্বর মাবু।
অশিবশিংসিদ শিদন লৈব, অউব মানি উৱব মাবু ॥২৮॥
মফম্পূম্বদ চপ্মান্নন, লৈরিব ঈশ্বর মাবু উৱব।
মশান মশাবু মাঙহন্দে মান, মাদন ফংভি খুভম্ অথোইব ॥২৯॥
তৌখিব তৌরিব থবক্ অপূম্ব, মহাক্কী মায়ান তৌবনি খঙলিব।
মশাবু অতৌব নত্তে খঙলিব, উরিব মাদন উবনি 'পূম্ব ॥৩০॥
তোঙাল্-তোঙানব অচচ্চত্তবু লেঙদব অমদ লৈবনি উৱব।
পূম্নমক্ মঙোন্দগী শীনবনি, খঙলব কান্দ ঙম্মি ব্রহ্মাবু ফংব ॥৩১॥
অমাংব লৈতব অথোইব আত্মান, অহৌব গুণদগী ৱাংম লানবন।
হকচাংস্নুংদ লৈদুনসু, করিসু শোক্তে করিগুম্বন ॥৩২॥
কুপ্মনখিবন মফম্পূম্ব, শিম্থুংলব আকাশপু।
শোকপ নান্ব য়াদবগুম্ন য়াদে, হকচাংদ শিম্থুংব আত্মাবু ॥৩৩॥
নুমিৎ অমন মথন্তন, জগৎ পূম্ব ঙালহনবগুম্ন।
হকচাংপূম্ববু ঙালহল্লি, আত্মা 'মতন মথন্তন ॥৩৪॥
অসুম্ন জীব হকচাংগী, খেন্নববু জ্ঞানগী মিৎন উদুন।
অচচ্চত্ত মায়া কোক্লব, লমী খঙবন ব্রহ্ম ফঙভি ॥৩৫॥

মাসিদ শ্লোক্ লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্মপর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ধর্ম্ম সম্বাদদা "ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞাবভাগ" কৌব তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# তরামরিশুব অধ্যায়

## শ্রীভগবানন্ হায়ঃ—

জ্ঞান পৃম্বদগী অথোইব জ্ঞানবু অমুক্ হায়গনি।
মাসিবু খঙ্লগ মুনিশিংন, 'সিদগী চৎখরগ মহৈ ফংগনি ॥১॥
জ্ঞান অসিদ চঙ্জরগ, ঐগী মওংবু ফংলবশিংদুনা।
তাইবংদ অমুক্ পোক্লদরে, তাইবংন মুৎপদসু য়াওদে মথোয়ন ॥২॥
পাক্ চাউরব মায়াগী তাইবংন, ঐগী গর্ভ পুফম্নি।
মাসিদ অচচ্চত্তগী মরু, ভুল্লি'দুদগী তাইবং পোক্পনি ॥৩॥
পোক্লকফম্ খিবিক্কী মনুংদ, অচচ্চত্ত পৃম্ব পোক্পনি।
অচৌব পোক্লফম্ মাদি ব্রহ্মনি, মপানি মরু হুনবন ঐনি ॥৪॥
সত্ত্ব-রজ-তমগুণ ঐগী, মওংদগী পোক্পা মক্তনি।
অমাং অতা নৈতব জীববু, হকচাং 'মুংদ ফাজিন্ন মথোয়নি ॥৫॥
অমোৎপ য়াওদবন সত্ত্বগুণদি, অঙানবনি মশক্ ওন্দবনি।
অদুন মান মুঙাইরব জ্ঞানতন, জীববু ফাহুন থম্মনি ॥৬॥
রজদি পামজব নীঙ্জরুব, খৌরাংবদগী পোক্পনি।
থবক্ মহৈ পাম্বগী রাখন্ন, জীববু মান ফাজিল্লিবনি ॥৭॥
তমদি নত্তব জ্ঞানদগী পোকই, জীব পৃম্বগী শুঙ্কাৎফম্নি।
কান্নদব থবক্ তম্ব তূম্বতনা জীববু হকচাংদ ফাজিল্লিবনি ॥৮॥
সত্ত্বনা মুঙাইবদা জীববু চঙ্হল্লি, রজনা কর্ম্মদ পুক্নীঙ্ চঙ্হল্লি।
তমনা জ্ঞানবু কুপ্তুনা থম্লগা, অঙাওব রাখল্ থবক্তে চঙ্হল্লি ॥৯॥
রজ তম অনীবু নম্লগা, সত্ত্ব মশানা পোকচৈ অর্জ্জুন।
রজ সত্ত্ববু নম্লগ তমনা সত্ত্ব-তম মুৎখ্রগ পোক্ই রজনা ॥১০॥
ইন্দ্রিয়গী থোং পৃম্নমক্ত হকচাংদ, মঙাল্ লাক্লব শোয়দন।
জ্ঞানগী মীকপ্ থোক্লব কান্দ, খঙবু সত্ত্ব চাউখৎলে হায়ন ॥১১॥

অপাম্ব, অনৌ অনৌবদ চঙ্‌ব, হৌগৎপ পেন্দব থবক্ খুদিংদ।
পুক্নীঙ্‌দ শাগৎলবদ ওক্তব, মখোয়সি পোক্ই য়জন চাউখৎপদ ॥১২॥
তৌগদব থবক্ত চঙ্‌দব, ফক্চম্ব, ঙাওব নত্তব য়াখলদা।
শুম্মৎপ, মকায়ামৃদব মখোয়সিন পোক্পনি তমনা চাউখৎপদা ॥১৩॥
সত্ত্বনা চাউখৎপ তাঞ্জাদ হক্চাং থাদুন চৎখ্রব জীবনা।
অফব তৌয়ক্পদুগী মক্তবা, লৈফম্বু ফংখি জীবনা ॥১৪॥
য়জ, কৌব য়াখলম্নুংদ, চৎখিব জীবনা, মহৈ চানীঙ্‌বা।
মীয়ক্ত পোক্লুই তমদা চৎলগ, মপোক্ত পোক্ই পীক্লব ॥১৫॥
সত্ত্বগুণগী থবক্কী মহৈন, নুঙাইব মক্ত্রব জ্ঞানগী মশক্নি।
য়জগী মহৈদি অয়াবনা লৌই, তম গুণগীদি পঙ্‌থবদনি ॥১৬॥
সত্ত্বগুণদগী মক্ত্রব য়াখল্, য়জদগী মীহৌব অপাম্ব।
ঙাওব শুম্মৎপ পঙ্‌থবন, তমদগী পোক্পনি অয়াম্ব ॥১৭॥
সত্ত্বদা লৈবন অয়াংবদা, য়জদা লৈবনা ময়ক্কী ময়োন্দ।
তুক্কচব থবক্ চঙ্‌ব তমগী, জীবনা পোকই লৈখা তাবদা ॥১৮॥
হায়য়িব গুণসি নত্তন, অতৈ অমন তৌদে হায়ব।
মুম্ন খঙ্‌লব জীবন গুণদগী, ফংঙি ঐগী মওংবু তোঙান্‌ব ॥১৯॥
হকচাংগ তিন্নবগী পোক্লব, গুণ অহুম্বু লাম্থোক্লবন।
পোক্প শিব অহল্ ওইব য়াব, কোক্তুন অমৃত ফংঙি জীবন ॥২০॥

অর্জ্জুনন হায় ঃ—

গুণ অহুম্সিবু লাম্থোক্খ্রব, মখোয়দি কয়ম্ব খুদম্ন তিম্বগে।
শাজৎ কয়ম্ চৎপগে, গুণশিংবু কয়ম্ন লান্‌খিবগে ॥২১॥

শ্রীভগবানন্ হায় ঃ—

সত্ত্বগী মঙাম্ন য়জগী থবক্, তমগী শুম্মৎপনম্নু।
চঙ্‌লক্লবদ তাথিদে, পাম্মুদে মখোয়ন হন্দোক্খ্রবসু ॥২২॥
গুণ অহুম্ন লেঙ্‌হম্ব ঙম্‌দব, হৈনিংদবগুম্ থবক্ত লৈবা।
গুণশিংন গুণদ লৈজবনি, খঙ্‌বন লৈতয়ে কয়িগুম্বদ লেঙ্‌ব ॥২৩॥

অরা মুঙাইবদা লেঙ্‌দন লৈব;
চান্নব চান্নদবদ মান্নব তপ্প,
চোপ্প লেম্ববু মান্নন খন্ন
থবক্ত "ঐ" গী ৱাখল থান্নবদো,
অতোপ্পদ ওল্লব ভক্তিন ঐবু,
ব্রহ্মগী মতৌ ওইব ঙম্মি,
লেঙ্‌দব শিদব হোংদব ব্রহ্ম,
মুঙাইবগী তুংনফম তান্নফম,

লৈপাক-নুং-সনাবু 'মত্তনি খন্না।
থাগৎপ চৈববু অক্মানি তাবা ॥২৪॥
য়েক্লব মরূপ্পা মান্নন চৎপা।
লাম্হোকখররবনি গুণদগী মতমচুপ্প ॥২৫॥
তত্তুন নীংজব মহাকৃতুদনা।
গুণ অহুম্ লাম্হোকখিবনা ॥২৬॥
অয়েপ্প ধর্ম্ম মপূঙ্‌ফারব।
ঐদন ওইবনি লেংদ্রব ॥২৭॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামন সংহিতা ওইব শ্রীব্যাসদেবন লেংব—শ্রীমহাভারত মহাপুরাণদ ভীষ্মপর্ব্বদ ব্রহ্মবিদ্যাযোগ শাস্ত্র ওইরব শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতা উপনিষৎতা শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনগী ধর্ম্ম সম্বাদদা "বিশ্বরূপ দর্শন" কৌবা তরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

---

# তরামঙাশুব অধ্যায়

**শ্রীভগবানুন হায় ঃ—**

মরুম মথক্ত মশান মথাদ, ওন্থব লেঙ্দব সনা খোংনাংনি।
বেদগী মন্ত্রন মহাক্কী মনানি, মাবু খঙ্বস্থ বেদ খঙ্বনি ॥১॥
মথক্ মখা শন্দোক্লি, মাগী মশা মরেংনা।
গুণতন চাউখৎখ্রব, মনানি মনম্ মহাওনা।
কর্ম্মগী মতুং ইন্দুন পোক্লিব অপাম্ নুংশিনা।
মরা চত্তুনা লৈখা তাখ্রব, হৌরি তাইবং-পামেন্না ॥২॥
পান্বী'সিগী মশক্তি লাম্ব ফংদে, রাথন্ন করিগুম্বদস্থ।
অবোইব লৈতে অহৌব নাইদে, লৈতে অরেপ্প মফমস্থ।
অপাম্ব মীহৌবগী মশক্ ওইব, মরা চেৎন তাখ্রবস্থ।
মহে পাম্দব রাখন্গী মশক্, ওইবা খুৎলাইনা য়াল্লগা ॥৩॥
অদুদগী মাবু ফংলগ, তাইবং মপোক্ত লাক্তব খুভমদো।
থিগদবনি মায়কৈ মরিদ, তাইবংদবগী লান্নফম ওইবদো।
মডোন্দগী তাইবং-পামেন্ন, পোক্লকতুনা কৃইন হিংলক্লবা।
অথোইব অহাম্ব মডোন্দ, চঙ্জরি হায়না খল্লবা ॥৪॥
লেমজনিংব-শুক্ষৎপ লৈত্রব, মহৈদ মীহৌবা লৈত্রব।
অপাম্ব লম্বীদগী হন্থরব, অথোইব আত্মাগী মওংদ লেপখ্রবা,
অবা নুঙাই অনা থোকপ, রাখন্দগী লাম্থোক্খরবা।
শুক্মাত্রবশিং মীশিংদুতনা, খুভম্ ফংঙি লেঙ্দ্রবা ॥৫॥
নুমিৎমরুস্থ চাকৃভম্দব, মৈনা থানস্থ ডাহ্লব নত্তব।
মাবু য়োরগা অমুক্ হল্লকত্রবা. মফম্দো ঐগীনি অথোইবা ॥৬॥
হক্চাংদ লৈরিব জীবসে, ঐগী লেঙ্দ্রব শরুক্নি।
মায়াদ লৈব পুক্নীঙ্গ থানা, ইন্দ্রিয় তরুকপু তত্তনা চিংবনি ॥৭॥
মনম্ লৈকম্দগী নুংশিৎনা চংথিবগুম্ মনম্দ পুরগ।
হক্চাং থাদোক্লগা হক্চাংদ চংবি, জীবনা ইন্দ্রিয়শিং পুরগা ॥৮॥

মিৎ নাকোং লৈ নাতোন উন্‌শা, পুক্নীং ইন্দ্রিয়শিংদ চঙ্‌দুনা।
শক্ খোঙ্গেল্ মহাও মনম্, শোক্পনচিংববু লৌই জীবন ॥৯॥
থাদোক্লিব লৈরিব চারিব, গুণন তিল্লিব জীব মাবু।
উব ফংদে শুক্সংখয়রবশিংন, জ্ঞানগী মিৎ পান্নন উই মাবু ॥১০॥
উগে হোৎনব যোগীশিংনা, মশাদ লৈরিব মাবু উই।
খম্মোয় শেংদ্রিব অপঙবদদি, হোৎনদুনসু উব লুই ॥১১॥
জগৎ পূম্ববু ঙালহল্লিব, নুমিত্ত লৈব মঙালসু।
থাদ লৈব মৈদ লৈব, মঙাল্দু ঐগীনি অতৈগীসু ॥১২॥
ঐগী ঐগী শক্তিন পৃথ্বীদ, চঙ্‌দুন অচচ্চত্তবু পুররি।
রসগী মশক্ ওইব থা, ওইদুনা, পাম্বীশিংবু য়োক্লক্লি ॥১৩॥
জীবশিংগী হকচাংদ বৈশ্বানর, কৌব মৈবু ওইদুনা।
তুম্মল্লি চিঙ্গাক্ মখল্ মরিবু, প্রাণ অপানগা তিন্নদুনা ॥১৪॥
অচচ্চত্ত পূম্বগী থম্মোয়দ, ঐন চঙ্‌দুন লৈবনি।
নিংশিংব খঙ্‌ব, চিংনব কোক্প, রাখল্ পূম্ব ঐঙোন্দগীনি ॥১৫॥
অসি নত্তব অতোপ্প অথোইব, মাবু অথোইব আত্মানি হায়রি।
মহাক্তি লেঙ্‌দবা ঈশ্বরনি, মরোল্ অহুম্মু চঙ্‌দুনা য়োক্লি ॥১৬॥
মাঙ্‌গদব হকচাংদগী তোঙান্ন মাঙ্‌দব জীবদগী থোইদোক্পনা।
লোক-বেদ অনীমক্ত অথোইব পুরুষ হায়না ফাওরি ঐনা ॥১৭॥
অসুম্ন অশিংব মীদুন, অথোইব পুরুষ ঐবু খঙ্‌বনা।
লোইন খঙ্‌লব মহাক্, নীংঙি ঐবু মরম্ মওং অয়াম্বনা ॥১৮॥
অথুপ্প শাস্ত্রসি নঙোন্দ তাক্লে, ঐনা পাপ য়াওদ্রব খঙ্‌লো।
মাসিবু খঙ্‌লগ অশিংব ওইদুন, পোক্পগী মহে য়াম্নব তৌরো ॥১৯॥

মসিদা শ্লোক লিশিং-চামন সংহিতা ওইব, ভগবান্ ব্যাসনা লেংব —শ্রীমহাভারত কৌবা মহাপুরাণগী মনুংদ য়াওব ভীষ্মপর্ব্বদ শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুনগী সম্বাদ ওইব, মগা উপনিষদ ওইব, ব্রহ্মবিদ্যা, কর্ম্মযোগ শাস্ত্রদা "পুরুযোত্তম যোগ" কৌব তরামঙাশুব অধ্যায় লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# তরাতরুকশুব অধ্যায়

## শ্রীভগবানন্ন হায় ঃ—

কিদব, অরুব থম্মোয় জ্ঞান, আত্মাগী ৱাখল্দ পুক্নীংঙ্ হোংদব।
দান ইন্দ্রিয় খুদুম চম্ব যজ্ঞ-তম্ব তপ, পুকচেল থোয়দবা ॥১॥
হিংসা তৌদব অচম্ব শাউদব, থাদোকপ তপ্থব তুংদ ভাঙদব।
অচচ্চত্তদ থোজাম্ব মীহৌদনা পুকচেল্ থোৎপ ঈকাইব থক্তুব ॥২॥
পুক্নীংঙ্গী পাঙ্গল ভাকপিহৈব, তপ্প-শেংবা-য়েংথিদব থোয়দব।
লাইরম্লেন্গী মরম্নি, মথোয়সি মপোক্ ফবগীনি লেঙ্দ্রবা ॥৩॥
পুকচেল্ খাবা নাপল্ থোয়ব, শাউব অকল্ অরীং শীঙ্ব।
পঙ্বনচিংব অসিপুম্বা, মপোক্গীবগী মরম্নি তম্গীব ॥৪॥
লাইরম্লেন্ মরম্ন লান্নব পাম্বেনি, তম্গীবগী মরম্ন মায়াদ লুপ্পবনি।
ৱায়মু পাণ্ডব! লাইগী মরল, মগুণ পুদুন পোকলবনি ॥৫॥
তাইবংদ জীবগী খুৎশেম্ অনীনি, অমন লাইগী অমন হিংচাবগীনি।
লাইগী মপোক্তি শন্দোক্ল হায়থরে, তাও মপোক্ হিংচাবগী ॥৬॥
হিংচাবগী মপোক্ত পোক্লব মীন, চঙ্গদব হন্দোক্দব মফম্ খঙ্দে।
মপাল্গী হক্চাংবু শেংন থম্ব, অচুম্ব ৱাঙাং লম্চৎ মথোয়দ লতে ॥৭॥
ঈশ্বর য়াওদব চুম্দব তুংনফম, লৈতব জগৎনি মথোয়দ হায়নৈ।
তিম্নবদগী মশান পোকচব জীবগী, ইন্দ্রিয়বু নুঙাইহম্ব নত্তন করি লৈ ॥৮॥
'সিগুম অরাম্ব ৱাখল্দ চঙ্দুন, মপোক্ মাঙ্লব বুদ্ধি-থেম্বশিংনা।
তমথীব অকম্ব থবক্ তৌবশিংন, জগৎ মাঙ্নব পোক্ই কান্নদবশিংন ॥৯॥
থম্ব নাইব পাম্জবদা চঙ্দুনা. থোয়বা নাপন্দ ময়াই কাদুনা।
শুক্লাৎপদগী নত্তবদ লৌদুন, তাইবংদ লেল্লি অমাংব লম্চৎন ॥১০॥
শিব-ফাওব লোইব লৈতবী, চিন্তাদ চঙ্দুন ইন্দ্রিয়গী দগক্ত।
নুঙাইনব শেম্বদ লুপ্লবশিংন, মাসিতনি হায়নৈ তৌগদব মপোক্ত ॥১১॥
অাশাগী থৌরীন চামরক কিথ্রব. মীহৌব শাওদব পুক্নীংঙ্ লুপ্থম্বম।
নত্তব পাম্বেন মথোয়ন তাল্লি; লৈল্গী মপৈবু ইন্দ্রিয়ত্তগী পৈরম ॥১২॥
ভসি মাসিমদি এৈন ফংলে, ইয়েংদি নীঙ্জব 'সিমসু ফংলগনি।
অসিমসু লৈরে 'সিমসু লৈগনি, লল্ অতৈসু লাকনি ॥১৩॥

যেরুবা 'সিমা ঐন হাৎলে, অতৈসু ভন্না ঐন হাৎখিনি।
অঙম্বনি থুৎকন্ পাঙ্গন্ন চাবনি, নীঙ্ব থুংলব কল্লব য়াইফবনি ॥১৪॥
থুৎকল্লব ইনাক্খুনবনি ঐদি, ঐগা মান্নব কনাদি লৈরি।
যজ্ঞ দান লেম্ন তৌগনি, মুঙাইথোক্কনি 'সি খন্দুন লৈরি ॥১৫॥
য়াম্নব মওংদ থম্মোয় কোয়্‌লে লৈখ্রব, শুক্নাৎ লাংন কুপ্খ্রবা।
ঈন্দ্রিয়গী নীঙ্ব থুংনবদ গোৎম্নব, নরকত তাই মখোয়ন শেংদ্রব ॥১৬॥
মাদনি চাউব খল্লব থোয়বা, লম্তন ইকাই খুম্নহন্ন ফল্লব।
শাস্ত্রগী হৌনবী য়াওদন, যজ্ঞ দান তৌই মমিংত ওইরব ॥১৭॥
নাপল্ পাঙ্গল্ থোয়ব ইন্দ্রিয়গী, নুঙাইব শাওবদ হনথরবনা।
মশাদ অতৈগী হক্‌চাংদ লৈরিব, ঐগ য়েক্ক নিন্দা তৈবনা ॥১৮॥
কল্লক্ য়েংথৌ হৈরব তম্থিববু, তাইবংদ তোল্লব মীওইবশিংবু।
লংথৈ ঐন তত্তন ফত্রব, তম্থিব মপোক্ত পাপীশিংদুবু ॥১৯॥
অপঙ্বন তমথিব পোক্কফম্দ, মপোক্ মপোক্ত চঙ্দুনা।
কোন্নুংদ লৈখা তান্নব মপোক্ত, চঙ্থি অর্জ্জুন ঐবু ফংদনা ॥২০॥
জীববু মাংহন্ন নরককী থোঙ্, অহুম্নি হক্‌চাংদ ফাৎলিব।
মীহৌব-শাওব-ফত্তবদ পান্ন, অদুন অহুম্‌সিবু থাদোক্উ পাণ্ডব ॥২১॥
নরককী থোঙ্ অহুম্‌সিদগী, লান্থোক্খ্রব মীদি ধনঞ্জয়।
মশাগী কান্নব জীবগী থিদুন, অথোইব খুভম্ ফংখি মখোয় ॥২২॥
শাস্ত্রগী ব্রায়েন্ থাদোক্তুনা মান নীংবদা তৌদুন লেল্লিব।
মহাক্ক মহৈ য়াম্ন নুঙাইব, ফংদে অথোইব খুভম্ অরোইব ॥২৩॥
অদুন তৌগদব তৌরোইদব, থবক্ত শাস্ত্রন নংগী প্রমাণনি।
শাস্ত্রদ তাক্কব থবকপ খঙ্লগ, তৌগদব থবক্ তৌবন নথৌনি ॥২৪॥

মাসদ শ্লোক লিশিং-চামনা সংহিতা ওইব শ্রীভগবান্ বেদব্যাসনা লেংব—মহাপুরাণ ওইব শ্রীমহাভারতকী মনুংদ য়াওন্নিব ভীষ্মপর্ব্বদ শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীগী ধর্ম্ম সম্বাদদ ব্রহ্মবিদ্যা কর্ম্মযোগ ওইব মহাউপনিযদ শ্রীমদ্-ভগবদ্ গীতাদা "দৈবাসুর সম্পাদ বিভাগ" হায়বদি "লাই ভিংচাবগী মরল্ থায়দোক্কব" হায়না কোবা তরাতরুক্শুবা অধ্যায় লোইরে

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# তরাতরেৎশুবা অধ্যায়

## অর্জ্জুননা হায় ঃ—

শাস্ত্রগী তৌনবীদি য়াওদনা, থাজবনা লুর্নদি নীঙ্জরিব।
সত্বরজ তমগী করম্ব, মওং অরেপ্পদ মখোয়ন চঙ্খিব ॥১॥

জীবশিংগী মহৌশাগী, 'থাজব' হায়বাসি অর্জ্জুন! অহুম্নি।
অমন সত্ত্বদগী রজদগী অমন, অমন তমদগী পোক্পনি ॥২॥

"থাজবনা নীঙ্ব" হায়বসিদি, থম্মোয়গী মশক্কি মহাক্মক্কী।
থাজবদন শেম্বন ওইব জীবনি, থাজদবহুমক্ক মওং ওই মহাক্কী ॥৩॥

সত্বগী থাজব লৈবনা লাইবু, হিংচাববু রজগী থাজব মানা।
লাৎলি নীঙ্হৈজে ভূত প্রেতশিংবু, নীঙ্জে তমগী থাজব মানা ॥ ৪ ॥

শাস্ত্রগী বিধি যাওদব কল্লব, তন্খিব লাইনিংবু নীঙ্লিব।
মখোয়দি থোয়রব নাপন্ন থল্লব ওাক্লি পাম্ববু শাউব-পাঙ্গন্ন থিব ॥৫॥

হক্চাংদ লৈব পঞ্চভূতপু, বাথল্ লৈতনা কংশিল্হন্ব।
লাইনিংন থম্মোয়দ লৈব ঐবুস্থু, কংহন্ব মখোযদি হিংচাবনি ॥৬॥

চিঞ্জাক্সু মখল্ অহুমনি, পাম্জব তাইবং জীব পুম্বগী।
যজ্ঞ তপ অদুগ দান, মখল্ মখল্ তারো মখোযগী ॥৭॥

পুন্সি লৌশিং পাঙ্গল্ নাদব, হুংঙাইব পেন্ব হেনগৎহন্ব।
মহীথোক্প নাম্ব নপ্প লেঙ্দব, চিঞ্জাক্লি সত্বগী মীনা পাম্জব ॥ ৮ ॥

শাব শীন্ব যাক্প শাব, চাক্প ফক্প মৈচাক্ পীব।
চিঞ্জাক্লি রজগী মীন পাম্ব অবা অনা লাযনা পীব ॥৯॥

মুন্দব রস য়াওদব পুম্ব, চজিক্ লুথাক্ অমাংব।
চিঞ্জাক্ মক্তনি অয়াম্ব, তমোগুণগী মীন পাম্জব ॥১০॥

শাস্ত্রগী বায়েল্ কায়দব, তৌবদন মতৈনি হায়ন লেপ্লগ।
মহৈ পাম্দবশিংনা তৌরিব, যজ্ঞ অদো সাত্বিক যজ্ঞনি ॥১১॥

মহৈ পাম্দুনা নক্রগা, তৌই হায়বগী লেম্ননীঙ্বনা।
তৌনরিব যজ্ঞ অদুদি, রজগী যজ্ঞনি তৌনরি ময়াম্না ॥১২॥

বিধি য়াওদব অন্নদান য়াওদব,
ভক্তি য়াওদব যজ্ঞবু,
দেবতা, ব্রাহ্মণ, গুরু অমীগী,
ব্রহ্মচারী-ওইব হিংসা তৌদব,
মীগী থম্মোয়বু লাংতক্হন্দব,
ঙাংব তম্ব ঔরাইবসিবু,
পুক্লিংদ পেঞ্জব তপ্থব,
রাখল্ অরূবত খম্ব তম্ব,
তপকী মখল্ অহুম্ অসিবু,
থাজব ভক্তিগা লোয়নন তৌরিব,
মীন কানব তম্খিনা তৌনব,
কুইন লৈতব লেপ্তব মহে,
পঙ্বদগী মশাদ অরাব পীদুন,
তপস্যা অদুদি অতোপ্পনি,
দান তৌগদবনি হায়ন খন্নতন,
মফম্ মতম্ মতীক্ চাব য়েংদন,
লমন্ শিংলক্কনি খন্দুন,
রানা পীনিংদন তৌরিব দানদো,
মতম্ চাদবদ, মতীক্ চাদবদ,
উশিত্তুন অথীব রাহৈন,
ব্রহ্মগী মমিং অহুম্নি হায়নৈ,
মাসিন ব্রাহ্মণ বেদ যজ্ঞ
অতুন ওঁ অমুম্ম শোন্দুন,
বেদ খঙ্বা হৈবশিংগীদি,
মাদুনি মহৈদি অসুম্ম খন্দন,
যজ্ঞ দান তপ পূজা,
অচুম্ব অর্থদ অফব ভাবতা,
অফব থবক্ত সৎ হায়ব

মন্ত্র য়াওদব দক্ষিণা য়াওদব।
তামসিক যজ্ঞ হায়ন কৌই পাণ্ডব ॥১৩
পূজা শেংব পুক্চেল্ তিংবা।
হকচাংগী তপস্যানি অয়াম্বা ।।১৪।।
রাহে অচুম্বা নুংশিব কান্নব।
তপনি রাহৈগী মশক্ ওইব ॥১৫॥
তুমিন্ লৈব মশাবু ঙম্ব।
অসি পুক্লিংগী তপনি ফরব ।।১৬।।
মহৈগী রাখল্ লৈতব যোগীন।
মাহুবু কৌই সাত্ত্বিক তপ হায়ন ॥১৭॥
অঙম্ব উৎতুন নাপন্ন তৌরিব।
পীবদো রজগা তপনি পাণ্ডব ॥১৮॥
মীগী মাঙ্নব তৌরিব।
তমোগুণগী তপনি পাণ্ডব ।১৯।।
লমন্ শিংঙক্কদব য়েংদনা।
তৌই দানদো সত্বগী মীনা ।।২০।।
নত্রগ দানগী মহৈ পাম্বনা।
রাজসিক দাননি রজন তৌবন ।।২১॥
তরাম্ তরাম্ তৌবিদন।
তৌবদো কৌই তামসিক দান ।।২২।।
ওঁ তত্ সদ্ হায়বসিনা।
শেমখ্রবনি অর্জ্জুন মমাংঙৈদনা ।।২৩।
যজ্ঞ দান তপস্য পূম্বা।
তৌনৈ তত্তন কায়দনা বিধিবু ।।২৪॥
মাবু হায়বদু ব্রহ্মবুনি খন্দুনা।
তৌনৈ অয়াম্ব খুভম্ পাম্বশিংনা ।।২৫।।
"সৎ" হায়বসি শীজিন্নৈ।
রাহৈসি পাণ্ডব! শীজিন্নৈ ।।২৬।।

যজ্ঞ দান লাইনিংবগী ৱাথব্দ,
অথোইব আত্মা মাগীদমক্ত,
থাজদন ভক্তি য়াওদন কৎপা,
অসৎনি হায়নৈ ধনঞ্জয় !
নৈব মওংবু সৎনি হায়নৈ।
তৌৱিব থবক্তু সৎনি হায়নৈ ॥২৭॥
তৌব যজ্ঞ তপ থবক্ পুন্বসু।
মহে লৈতে হিংলিডৈদ শিৱবদসু ॥২৮॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামনা সংহিতা ওইব, শ্রীভগবান্ ব্যাসনা লেংব শ্রীমহাভারত কোব মহাপুরাণগী মনুংদ য়াওব ভীষ্মপর্ব্বদ, শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুনগী ৱাঙ্নখিব মতাংদ, ব্রহ্মবিদ্যা ওইৱব, কর্ম্মযোগ শাস্ত্র ওইৱবা, মহা উপনিষদ ওইব, শ্রীমদ্ ভগবদ্ গীতাদা "শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ" হায়বদি "থাজবগী মথল্ অহুম্ থায়ব" কোবা তরাতৱেৎশুব অধ্যায় লোইরে।

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

# নিপান্শুব অধ্যায়

## অর্জ্জুনন্ হায় ঃ—

“সন্ন্যাস” গী থাঙ্গৈশেংব, অরেপ্প অরোইব মওং খঙ্নিংঙি।
“ত্যাগ” হায়বগী অচূম্ব মশক্সু, হৃষীকেশ ! তোঙান্ন তাজনিংঙি ॥১॥

## শ্রীভগবান্ন হায় ঃ—

তৌদ্রবস্থ য়াব পামশিল্লুবন তৌব, থবক্ থাববু সন্যাস হায়ন।
থবক্কী মহে পাম্ব থাববু, “ত্যাগ” হায়ন কৌনৈ 'শিংবশিংন ॥২॥
থবক্ মখৈ দোষ লৈবনি, থাদোক্কদবনি হায়নৈ অপণ্ডব কনান।
যজ্ঞ দান তপতি, থাদোক্লোইদবনি হায়নরি কনান ॥৩॥
“তাগ”কী অরেপ্প মওং হায়গে, তাও ভারত শাগৈগী 'থোইবা।
“থাদোক্প” হায়বসি অহুম্নি হায়নৈ, নিপাগী মরক্ত অথোইবা ॥৪॥
যজ্ঞ দান লাইনিংবগী থবক্, থাদোক্প য়াদে তৌগদবনি।
যজ্ঞ দান তপস্যাদি অশিংবগী থম্মোয় শেংদোক্লবনি ॥৫॥
পাম্শিন্ব মহৈগী ৰাখল্ থাদুন, হায়ৰিব থবক্শিংদি তৌগদবনি।
মাসি ঐগীদি লেপ্লব ৰাখন্নি, মহৈবু খন্দুন তৌরোইদবনি ॥৬॥
জাতিগী ধর্ম্মন লেপথ্রব থবক্তি, থাদোক্প তৌনদে ধনঞ্জয়।
পঙ্ব শুদ্ধাৎপদগী থাদোক্পদো, তমগুণগী মথাদোক্ ওই ॥৭॥
হক্চাং ৰাব কিবদগী, তৌগদব থবক্পু অৱাংবনি খন্দুন।
ৰজোগুণগী মথাদোক্ল, থাদোক্পগী মহৈ ফংদে মীনা ॥৮॥
তৌব তৌনব তৌবনি খম্ব, নত্তুন মহৈবু খন্দন তৌৰিব।
থবক্ত মহৈ থাদোক্পবু, কৌই থাদোক্প থৱাইদগী হৈনব ॥৯॥
ওইজদব থবক্ত য়েংগিন, কান্নব থবক্তস্থ হেঞ্জিন্না মীহৌব।
পেল্লব থম্মোয়ন চিংনব থমদন, মহৈ থাবন ত্যাগীনি অশিংব ॥১০॥

মখাক্ লৈতন থবকপু লোইন, থাদোক্পা তাইবংদ কনাস্থু ঙম্‌দে।
থবক্ তৌবদ মহৈগী ৱাখল্, থাদোক্পা ঙম্বদুনি ত্যাগীকৌবদে ॥১১॥
অফব-ফত্তব য়াম্নব অহুম্নি, থবকী মহৈ পাম্বগী।
শিন্নব তুংদস্থু লৈগনি মহৈসি করিলৈতে মহৈ পাম্দবশিংগী ॥১২॥
থবক্ পাঙ্‌বগী মচাক্ মঙানি, খঙ্‌ঙু হায়গে অকনবা!
সন্ন্যাসগী নত্তনা শেংন হায়থ্রবনি, থবক্ পূম্ব পাঙ্‌ননবা ॥১৩॥
পাঙ্‌থোক্পা মী, তুংনফম-খুৎলাই, পাম্নে তোঙান্ তোঙান্ন লৈবনি।
মখল্ মখল্ তোঙান্ব মতৌ, মপোক্কী লোয়নবন মঙাশুবনি ॥১৪॥
হক্চাং ৱাহৈ পুক্নীঙ্‌না, মীওইবনা তৌরু তৌরুবা।
অচুম্ব অৱান্ব থবক্ পূম্বদা, মঙাসিদন মচাক্কি অথোইবা ॥১৫॥
অস্থুম্ন লৈরবদ অশেংব মীদি, পাঙ্‌থোক্পা মীশক্তি আত্মাদবু উই।
শেংদব বুদ্ধি ওইবদগী, থম্মোয় মোৎপদি নিংথিন উরোই ॥১৬॥
"ঐন তৌবনি" হায়বগী নাপল্, লৈতব, বুদ্ধিন মায়াদ লুপ্তব।
মান মরোল্ অহুম্বু হাৎলবস্থু, হাৎতে পাপ্ন ঙম্‌দে পুন্‌ব ॥১৭॥
খঙ্‌গদব পোৎনে, ৱাখন্নে, অখন্ব মীনে অহুম্নি থবক্তু চঙ্‌হন্ব।
তৌগদব থবক্কে, খুৎলাইনে, থৌবুনে, অহুম্নি থবকপু লোইশিন্নিব ॥১৮॥
ৱাখল্ তৌগদব থবক্ থৌবু অমমম্স্থু গুণ খেন্নবদগী অহুম্নি।
সাংখ্যদ হায়খিব'দুগুম্ন অমুক্স্থু, তারো নীঙ্‌থিন হায়গনি ॥১৯॥
অচচ্চত্ত পূম্বদ অমত, ওইব ৱাখন্ন লেঙ্‌দববু উন্নিব।
তোনবশিংদ তোঙান্দন লৈব, জ্ঞানদুনি সাত্ত্বিক কৌব ॥২০॥
তোঙাল্ তোঙান্ব মওংদ, মখল্ মখল্ লৈন্নিবসিগুম্না।
অচচ্চত্তদ তোঙান্ন 'দুমক্ উরবদি মাদো ৱাজসিক জ্ঞাননি ॥২১॥
অত্তুগুম্ব জ্ঞানন অমত ওইব, শেমদুন থোক্পা হক্চাংসিদ।
পূন্নমক্কি খন্দুন লুপ্লিব পীক্লব, অৱান্ব চুম্দবদো তামসিক জ্ঞাননি ॥২২॥
"ঐন তৌবনি" হায়বগী নাপল, য়াওদন কল্লক্য়েং থিদন তৌখিব।
মহৈ পাম্দবন শাস্ত্রদ লেপ্থ্রব, তৌখিব থবক্তো সাত্ত্বিকনি 'হৈন্ব ॥২৩॥
মহৈ পাম্বন নাপন্ন য়াম্ন, নোমদুন তৌখিব থবক্ অদুদি।
অশাগী ওইজব মহৈদগী ওইবন, ৱজোগুণগী কর্ম্মনি মাদুদি ॥২৪॥

মপাঙ্গল তুংগী ওইগাদব মাহুব, হিংসামি হায়বসু খন্দনা।
চাউথোক্লিংব শঙ্বদগী তৌরুব পুম্ব, তমোগুণগী কর্ম্মনি 'ডুনা ॥২৫॥
মহে পামদ্দব নাপল্-ত্তৌদব, তপথব থৌনান তিল্লিব।
মহে য়ানব-য়ান্দবদ লেঙদব, মাদো সত্বগী কর্ত্তানি অথোইব ॥২৬॥
থবকী মহেবু হক্চিন্ন পাম্বা, পামগনব মীঙোন্দ বাহনব মীতুদি।
লম্চৎ মাংব ফংলগ হন্নাওব, ফংদ্রব বাবদো বাজসিকনিদুদি ॥২৭॥
পুক্চেল লেপ্তুব মহে য়াওরব, মরৈ মন্না চাউব থোয়ব তন্ব।
মীগী মচিঞ্জাক্ ককপা বাগনব, হুইশাংনব 'তমগী কর্ত্তানি কান্নদ্রব ॥২৮॥
গুণ অহুম্ থেন্নবদগী বুদ্ধিসু, থাঙ্হৈব তপথবসু মথল্ অহুম্নি।
মথাক থমদন তোঙাল তোঙান্ন, নঙোন্দ আর্জ্জুন হায়গনি ॥২৯॥
চঙ্গদব হন্দোক্কদব তৌগদব, তোরে ইদব কিগদব কিরোইদব।
ফাজিন্ব নাম্বোক্পবু মুন্ন থঙলিবী, বুদ্ধিদো সত্বগী বুদ্ধিনি অথোইব ॥৩০॥
ধর্ম্ম অধর্ম্ম তৌগদব, মুন্ন নীঙ্থিন নাখৈশেংনা।
থঙ্দ্রিবী বুদ্ধিদো নবককীনি, "রাজসীবুদ্ধি"নি রজদগী পোক্পা ॥৩১॥
অধর্ম্মবু ধর্ম্মনি ধর্ম্মবু অধর্ম্মনি, হায়না থঙ্লব অমম্বন কুপ্পনা।
লৌরুব পুম্ব ওঃন লৌরবিদো, "তামসীবুদ্ধি'নি অমম্বদগী পোক্পা ॥৩২॥
পুন্নীং ৎক্চাং ইন্দ্রিয়গী থবক্পু, লেংদব বাইন্ন অমবু খন্দনা।
তপ্থন পুন্নিব থাঃহৈবদো, "সাত্বিককী ধৃতি"নি সত্ত্বদগী পোকপা ॥৩৩॥
মহৈদ লুপ্তুন মহে পাম্বনা, ধর্ম্ম লল্ অপাম্ববু ঈঙ্না।
পুন্নিব থাদ্রিব থাঙ্হৈব বাখন্দো, "রাজসীধৃতি"নি রজদগী পোক্পা ॥৩৪॥
নত্তব বাখন্দ থাঙ্হৈবনা, তুম্ব-কিব-বাব-মঙাই-কাববু।
পুকচেল থীবন থাদোক্তে, তমসিক ধৃতি কৌই মাডুবু ॥৩৫॥
নুঙাইবসু অহুম্নি অমুক্, তারো ভারতকী অথোইবা।
হোৎনবন মাডুদ নুঙাইনৈ, লাম্বোক্নৈ বাব ঙমখৈ 'পুম্বা ॥৩৬॥
অহান্বদদি হূগুম্ব, মমৈথঙ্দ অমৃতগুম্বা।
আত্মাগী বাখন্দগী পোক্পনি, কৌই সত্বগুণগী নুঙাইবা ॥৩৭।
বিষয়গ ইন্দ্রিয়গ তিন্নবদগী, অহান্বদদি অমৃতগুম্বনি।
মমৈদ হূগুম্ব নুঙাইবদো, রাজসিক সুখনি মরককনি ॥৩৮॥

হৌবদা লোইবদস্থ রাবদ ওইব, মশাবু শুদ্ধাংপ ওইবনি।
তনৱ, উইব, ময়াইকাব-ঙাওবন, পীব মুঙাইবগৗ তামসিক সুখনি ॥৩৯॥
পৃথিবীদ স্বৰ্গদ মীদ লাইদ, মায়াদগী পোকপ গুণ হায়বদি।
সত্ত্ব রজ তমদগী লানব, কনা লৈতবনি তাইবংদদি ॥৪০॥
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র, জাতিগী মথৌ তোঙান্ন খায়রি।
মপোক্কী লোয়নব মওংদগী পোকপ, সত্ত্ব রজ তমগুণন খায়রি ॥৪১॥
থম্মোয় ফাব, ইন্দ্রিয়ঙম্ব শেংন লৈব, অৱাবা খাঙ্‌ব চুম্ন লৈব।
ঙাক্‌পহৈব ভক্তি জ্ঞান, বিজ্ঞান নৈনব ব্রহ্মণগী মথৌনি ॥৪২॥
কনৱ থৌনা খাঙ্‌হৈবশিংবু, লান্দ চেন্দব দান তৌবা।
ঙাক্‌শেন্নিংব মওং পূন্বা, ক্ষত্রিগী মথৌনি মপোক্কী লোয়নবা ॥৪৩॥
লৌউব শল য়োক্‌পা লল্লোম্ব বৈশ্যগী থবক্কি মপোক্কী লোয়নব।
সেবাগী মশক্ ওইব থবক্না, শূদ্রগী থবক্কি মপোক্কী কোন্নব ॥৪৪॥
মাগী মাগী মপোক্ক লোয়নব মথৌদ চঙ্‌বন মহৈ য়ান্‌ব ফংঙি।
মথৌদ পুক্নীঙ্ চঙ্‌নব করম্ন পুনসি মহৈ য়ানবদু তাও ॥৪৫॥
অচচ্চত্ত পূন্ব মঙোন্দগী থোক্‌খিবা, মহাক্ক পূন্বসি শন্দোক্‌খিব
মহাক্‌পু মাগী মাগী মথৌ, তৌন নীংবন ঙম্‌গনি ফংব ॥৪৬॥
অতোপ্পগী নীঙ্‌থিব ধৰ্ম্মদগী, ফবনি গুণ লৈতব নংগী ধৰ্ম্মনা
মশাগী লেপখ্রব ধৰ্ম্মগী মশক ওইব কৰ্ম্ম তৌবদ চঙ্‌দে পাপনা ॥৪৭॥
মপোক্কী লোয়নৱকপ কৰ্ম্মদি, দোষ লৈরবস্থ থাদোক্‌ফদে।
মৈখুন মৈবু কুপ্‌শিন্বগুম্, থবক্ পূন্ব দোষ লৈতব য়াওদে ॥৪৮॥
তাইবংগী বিষয়দ হক্‌চিন্ন চঙ্‌বদ, মশাবু ঙম্ব মীহৌ লৈতব।
অশেংব সংন্যাস মান ফংঙি, 'কৰ্ম্ম থাদোক্‌প' অচুম্ব ॥৪৯॥
থম্মোয়গী অশেংব মওং ফংলবনা ফংঙি শেংলব ব্রহ্ম মাবু।
অচুম্ব জ্ঞান্‌গী অৱোইব মওংস্থ, খংঙু শম্ন ঐঙোন্দগী মাহুবু ॥৫০॥
শেংদোক্লব বুদ্ধিনা তিল্লব, তপ্‌থব খাঙ্‌হৈবন মশাবু লাক্কুনা।
অশাওব কল্লক্‌পবু নমহত্তুনা শব্দনচিংব বিষয়বু য়া'মখৈথাহুনা ॥৫১॥
অচীকপ অশেংব মফমদ লৈহুন, য়াম্ন চাদন ৱাহৈ পুক্লিং লাক্কুনা।
হকচাং য়োক্কুন চনিঙ্ তান, খন্দুনা বিষয়দ পামদন চঙ্‌হুনা ॥৫২॥

নাপল্ তৌব ভন্ব থোযব,
থাদোক্কুন ঐগীনি হাযদ্রব তপ্ল,
ব্রহ্মাগ অমত ওইমিন্ননব মশান,
অ৴চ্চত্ত পূস্দ লৈব মাবু,
অস্তন্ন ঐন লৈবনি জগত্ত,
ভক্তিদন ঐবু মুন্ন খঙ্বা
থম্মোযন ঐঙোন্দ চঙ্ডুন তত্তন,
ঐগী থোজান্দগী ফংভি মাদন
থম্মোযদন থবক্ পূম্ব ঐঙোন্দ
মহে য়াম্ব যান্দববু তিন্নহন্দুন
ঐঙোন্দ পুক্লীঙ্ চঙ্খুব মাদন
ঐগী থোজান্দগী অতুগ নাপন্দগী,
নাপন্দ তাউডুন লান্সিবু;
খল্লিবদো অরেম্বনি মীনম্বনি
পঙ্বদগী তাইবংগী থবক্পু
মপোক্কী লোয়নব কর্ম্মপূম্বনা
থম্মোয় পাম্বগী থম্মোয়দ ঈশ্বর,
মায়ান মাগী যন্ত্রদ কাদুন,
মওং মরম পূম্বদ মাগী,
মাগী থোজান্দগী ফংগনি;
অথুপ্পদগী থুপ্পব ৱাখল্সি;
হৌজিক্তি পূম্নমক্সি মুন্ন খন্দুন
থ্নাইদগী থুপলব অমুকস্তু তাও,
থ্নাইদগী থোহন চান্নবনি খন্দুন
ঐবু খল্লু ঐবু নীংঙু,
ৱাশক্লি অচুম্বনি চান্নবনি নংদি,
অতে ধর্ম্ম পূম্ব থাদোক্কুনা,
ঐন নংবু পাপ পূ৴দগী,

পাম্ব শাওব লৌশিনব।
মাদন ফংভি ব্রহ্মাবু লেঙদ্রব ॥৫৩॥
ৱারুদে খল্লু'দ পেঞ্জবনি মাদি।
মাদন ফংভি অথোইব ভক্তিদি ॥৫৪॥
ভক্তিদন মুন্ন ঐবু খঙ্নরি।
ভক্তি লৈবন ঐঙোন্দ চঙ্নরি ॥৫৫
তাইবংগী থবক্ পূম্ব তৌ৷বা।
খুভম্বু অরেপ্প মাঙ্দ্রব হোংদব
থাদোক্কনি ঐঙোন্দ পুক্লীঙ্ চঙ্ডুন।
ঐঙোন্দ লৈয়ু পুক্নিংনা ॥৫৭॥
লাঙ৴দ্রব পোক্প শিবদগী লাল্লি।
লৌদ্রবদি শোয়দন মাঙ্গল্লি ॥৫৮॥
শোক্নোই হায়ন নীঙ্গনি নংন।
নংবু নমডুন তৌহনগনি মায়ান ॥৫৯॥
তৌরোই নীঙ্লবস্তু ধনঞ্জয়।
মাগী মখাপোন্ন তৌগনি শোইন্নোই ॥৬০
লৈন্নিবনি অর্জ্জুন লেঙ্দন।
অ৹চ্চত্ত পূম্ববু কোয়লে লেহন্দুন ॥৬১॥
মফমদ চঙ্জহৌ মীওইব।
মফম্দো ঈংলব লেঙ্দ্রব ॥৬২॥
নঙোন্দ তাক্লেদো ঐহাক্লা।
তৌন্নো অপাম্বদো নহাক্লা ॥৬৩।
অথোইব ৱাসে অরোইবা।
হায়গে নংগী কান্নব অথোহবা ॥৬৪॥
ঐবুদ লাংলু ঐবুদ খুরম্মু।
ফংগনি, শোয়দন ঐহাকপু ॥৬৫॥
চংঙকুউ 'মত ওইব এঙোন্দা।
কোকপীগনি কন্নিগনি চিংগনু অমা ॥৬৬

* অকিবা + থাজবা + নুংশিবা = ভক্তি

হায়খিবসে মঙোন্দ অৱাব খাঙ্‌দব ভক্তি লৈতবদ কৈদৌঙৈদা।
তানিংদবদ ঐবু তাথীব মীদা হায়ৱোইদবনি অর্জ্জুন করিগুম্বদ ॥৬৭॥
ঐগী থোইন থুপ্লব ৱাসিবু, তাঙনিংব ঐগী তক্তশিংদ লীৱব।
ঐঙোন্দ ভক্তি থমড়ুনা তাহল্লব, মাচুদি ঐবু ফংগনি তৌগনু চিংনব ॥৬৮॥
মীওইবগী মনুংদ মঙোন্দগী হেন্ন, চান্নবস্ত ঐগী অম লৈত্রে।
মঙোন্দ হেনব চান্নব অতৈস্তু, লৈৱৱোই পৃথ্বীদ মান লোইৱে ॥৬৯॥
ঐখোয়নীগী 'সিগুম্ব ধর্ম্মগী ওইব ঙাঙ্‌নখিব ৱারীবু তম্লি পারিবা।
মীচুন ঐবু জ্ঞানগী পূজানা, লাংখ্রবনি ঐগী ৱাখল্লি থোইব ॥৭০॥
অশেংব ভক্তিগ লোয়নন মীনা, তাথীদন কনাগুম্বনা তারবা।
অফব থবক্‌ তৌবশিংগী, লৈফম্‌দো মাস্ত ফংগনি তাঙ্‌লবা ॥৭১॥
ঐন হায়খিবসে অর্জ্জুন নংবু, পুক্নীঙ্‌ লোংদন তাখিবরা ?
মাসিবু তান্নগা থম্মোয়গী 'অম্বদো, হায়যু ধনঞ্জয় ! কোক্‌ত্রিবরা ? ॥৭২॥

## অর্জ্জুনন হায় :—

[illegible]খাংপ্ন 'মম্ব কোক্লে পোক্‌পগী, মরম্‌ নীংশিংজরে নংগী থৌজান্দগী !
লেপ্‌চরে পুক্নীঙ্‌ লৈত্তরে চিংনব, তৌজরগে কৃষ্ণ তুংইন্ন তাক্‌পিবগী ॥৭৩॥

## সঞ্জয়ন হায় :—

অথোইব আত্মা ওইরব কৃষ্ণগী পৃথাগী মচা আর্জ্জুনগী 'সিগুম্ব।
অঙকৃপ তুজুংব শানখিব ৱারীবু, তারম্মি সঞ্জয় ঐন লোইনব ॥৭৪॥
ব্যাসগী থৌজান্দগী তাজখি ঐন, থোইন থুপ্লব ৱান থল্লবসি।
যোগবু মশামক্ত তশেংন লীৱব, যোগগী মপু কৃষ্ণদগী ঙসি ॥৭৫॥
কেশব-অর্জ্জুন অনীগী শেংলব, অঙকৃপ ৱাফম্বু নিংশিং নিংশিংবা।
পুক্নুং তুজুংঙি নুঙাইব পোক্‌ই, নিংশিংলগ মহারাজ হন্ন হন্ন ॥৭৬॥
অচুগ রূপগী থোইন ঙক্লব, নিংশিংঙুৱগা শকুক্ষমদো হন্ন হন্ন।
অঙকৃপ পোক্‌ই থোইদোক্ল মহারাজ, নুঙাইজে তুজুঙি হন্ন হন্ন ॥৭৭॥
যোগগী মপু কৃষ্ণন লৈরিব, গাণ্ডীব পায়ব অর্জ্জুনন লৈবা।
মফম্‌ মফম্‌দ ফজব চাউথংপ, লাঙম্ব, লম্ছুম লৈ থল্লি লেঙ্‌দ্রবা ॥৭৮॥

মাসিদ শ্লোক লিশিং-চামনা সংহিতা ওইব শ্রীভগবান ব্যাসদেবনা লেংব—শ্রীমহাভারত হায়ন কৌব মহাপুরাণদ য়াওরিব ভীষ্মপর্ব্বদ, শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুনগী ভাঙ্‌নখিব মতাংদ ব্রহ্মবিদ্যা ওইরব, কর্ম্মযোগ শাস্ত্র ওইরবা মহাউপনিষদ্ শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাদা "মোক্ষ-সন্ন্যাসযোগ" হায়ন কৌব তরাপিাল্‌শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

॥ ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

লেংজব শৈরেং-গীতাসু লোইজরে মফম্ অসিদা ।

---

লোইরবা

